# পোমশাংনবী

সোনামণি

ফোংদোকপা—

কোমলাম্মা রাজকুমারী

মোইরাংখোম ইম্ফাল।

অহানবা নম্বা—১৯৮৫ ইং

কপী—৬০০




মমল—লুপা ২৫·০০

ফংফম— ১। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফাল

২। রাইটর্স বুক ষ্টোর, পাওনা বাজার ইম্ফাল

নম্ফম :— আর বি প্রিন্টিং হাউস

নাগা মপাল, ইম্ফাল।

# খুদোল তমজবা

খুৎ-পায়ন শৈরেং ইবা তম্বীখিবা
মতম পূম্ব' নীংশিংছুনতা লৈরিবা
৺বারুণীকুমার এলাংবমগী খুত্তা
তমজরি খুদোল ননাওগী
"পোমশাংনবী"
লমখওস্রবা মালঙ লাম্থোক্কুনা
লৌবীয়ুকো খুথেংননা।

ননাও
সোনামণি।

# ৱাহৌদোক

স্কুলগী অরোইবা পরিক্ষা—মেত্রিক পরিক্ষা থাখ্রবা তুং কলেজ কাদ্রিদৈ মরক্তা ইংরেজি Sonnet খর পাক্রবদগী মণিপুরী লোন্দা Sonnet হায়বদি পরেং ১৪ না শাবা অপিকপা শৈরেং খর ইবা হৌখি। অসিগুম্বা অপিকপা শৈরেং মচাশিং ইং ১৯৪৯ দা "রাখল শৈরেং" হায়বা শৈরেং লৈচন অহুদা ফোঙখি।

অসুম্না মরক মরক্তা শৈরেং মচা Sonnet খর খর ইখি। থোইদোক্না AIR গী Literary Programme অমদি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদগী কবি সম্মীলনীদা মরক মরক্তা শৈরেং মচা Sonnet পাথোকখি। মণিপুরগী মফম খর অশুম চৎলুবা য়েংলুবা মতম মতমদা পুক্নীং ফোঙলকপা শৈরেং মচাশিংসি পুনশিন্দুনা "পোমশাংনবীদা" ফোঙজরে। পোমশাংনবীদা য়াওরিবা শৈরেং তরেৎখক্তি হান্নবা ইং ১৯৮০ দা ফোঙখিবা ঐগী শৈরেংগী লাইরিক "অনিথোক্লবদা" হান্নবা য়াওখ্রে।

পোমশাংনবীগী অপীকপা শৈরেং সোন্নেটশিং অসি য়েংবীদুনা মিকুপ অমত্তং মণিপুরী সাহিত্য নুংশিবিবশিংনা রাখল থিংজিনবীবা মতমদা ঐগী হোৎনজমন মহৈ য়াল্লে খল্লগনি।

মোইরাংখোম লোক্লাউবুং
ইম্ফাল—নবেম্বর ১৯৮৫ ইং

সোনামণি এলাংবম

# য়াওরিবা

## অহানবা শরুক



## অনিশুবা শরুক

## অহুমশুবা শরুক



## মরিশুবা শরুক

## মঙাশুবা শরুক

১

# চেকশিন্না থম্মু চান্নবী

মাঙখিনি তাখিনি চেকশিল্লু
চেকশিন্না থম্মু চান্নবী !

মুংশি খুদোল ফজবদো
ঐগী থম্মোই অপিখক্তো
চেকশিন্না থম্মু চান্নবী।

পুনসিশিংগী অমত্তা ঙায়রবা
অরোয়বা খুদোলনি মুংশিংগী ;

কাওণ্ডমদ্রবা আশানি,
লেঙদ্রবা ঐগী রাশকনি
মাঙখিনি তাখির্নি চেকশিল্লু।

আশা কয়া লোয়ননা রাখল চঙনা শেমথ্রবা
মুংশি খুদোলনি নহাক্কী ঐগী অমত্তা ঙায়জরবা,

মওংগী ঐগী অদ্ভুতনি
চেকশিন্না থম্মু চান্নবী ॥

ইম্ফাল

জানুয়ারী ১৯৬২ ইং

২

# কদায়দা লৈখ্রে

অরোয়বা মিৎকুপ ফাওবা পুনসিগী
নুংশিজনি নহাকপু চান্নবী।
নামিবা লিরি হুমলকলে
নুরানা কাইদ চৎলকলে।
খোঙথাঙ খুদীং মিৎয়েং খুদীং
পাখং থম্মোই তীং তীং চোং
করম্না কাউরসিগে
ইশানৌ নঙবু চান্নবী ?

থাপতক্লা উজৈ খোইখোইবা
চিনবান্না লেঙখিবা
য়োজনীংবা খোম্থাংনা
নুরানাক্তী য়েখরে
নহাক্কী খোম্থাংদি
কদায়দা লৈখ্রে চান্নবী।

ইম্ফাল
অক্টোবর ১৯৬২ ই

৩

# থৱাইনা পামজবা

লৈরাংনা লৈকা ফন্না শাংকায়বনা
খোইমু মানা ইনবনি ;
মালঙ শউম থেংলুবনা
লৈনম্না লৈকোন ছিনবনি ।
অঙাঙ অপক্ অশংবা অঙৌ অমু মেমান্‌বা
অশংবা উনারক্তা থৱানমিচাক্ পরেংনে
মিংথকপা, কঙাওনবা খ্বাংজেংবা
খনুঙমদ্রে খিঙমদ্রে থৱাইনা পামজবা লৈরাংদো

লৈনম্না ঙাওরে লম মাঙনরে লৈকোন্দা
খুৎলাম তোয়না কৌবরা কদাইদনো নহাকপু
মিংয়েং কারন ৱাংম-লান ৱাইথুংলুরে পামদ-নাক্তা
কঙাওননা লেনবনা ওইরদরা পুনসি লাইপূ
কদাইদনো নহাকপু থৱানলক্পী থাজ-ও
উৎপীরো কঙাওনরঙোন্দা উনারক্তেই থোরক্লো।

ৱোমকু—
সেপ্টেম্বর ১৯৬৩ ইং

৪

# কনাগীনো ঐহাক অসে

নখোঙ শোক্লা হায়জরুবা
ফিগাঙ শানা য়াজরুবা
থোঙইবীদ্রে থোশাবীদ্রে ।

শাংলবা চীঙলম্বী লান্দুনা
তুরেল কয়া উমং কয়া শমস্থুনা
ফংঙমদনা ফংলবা
করিগী চানবীদবগে
হায়জৈ হায়না তৌবরা ?

ঙইন-চাউবী ! নতীক থঙই ঐনা
করিগী ৱারোবগে অতুক থুনা
কাউরবরনে নহাকপু ঙইন-চাওবী
কনাগীনো ঐহাক অসে ৱারো চাওবী
পীথোকথ্রবা থম্মোইনি ঐগীদি
লৌঙম্ররোই হম্ম-মক্তা থঙদরনে চাম্নবী ।

ৱোমকু
১৯৬৩ ইং

৫

# উরুবদা মায়থোং মাগী

করিগীনো হে কান্নদ্রবা মাগী ৱাখলনা
ওৎলরিবা ঐগী থম্মোই হন্না হন্না !
খনগ্রবনি লূপগ্রসন্থু নোরোক্কী মন্নবা লোক্লুংদা
নীংগ্রবনি তিনগ্রসন্থু অকাউবা ঈপাক্তা

উরুবদা মায়থোং মাগী নৌহৌননা নৈররে ;
কান্নদ্রবা মাগী ৱাখলনা ওইররোইদবা ।
থাজবা ৱাংলবা ৱাকৎনা পূমথন থল্লরে
মেনশিল্লসিরা ঐগী নাকোংসে পঙলবা।

খলহল্লে হন্না অওইবা থম্মোইগী অশেংবা পাউনিংথোল্রা ?
অহোংবা তাইবঙদা লেঙদবা লৈবরা ?
তম্নুচো মালঙবা থম্মোইগী ৱাদি থম্মোইদা।
কোযনা চৎপা পাউদম্বা য়োৌবীক্লচো মনাক্তা।
মৈরাম্না কোয়ররবা মুৎলিবা মৈরি ঐহাক্কী
মকারাম্লে থোম্না চাক্লে উরুবদা মায়থোং মাগী ॥

ইম্ফাল

১৯৬৪ ইং

৬

# খল্লুরে ঐসে নহাক্কীনি

খল্লুরে ঐসে নহাক্কীনি
পীক্কা মনম ছাল্লবী
লৌনম চাউবী শকহেনবী
লৈনম্মা হা-রবা লৈকোন্দা
লোৎলিবী নওবু উনারক্কা
ঋিজরুবা মিপাইনা
তিংখংনা খল্লে তুম্বৌনা য়ুরে
থম্মোই কায়রে তনিকলে।

কদায়দনো নহাকপু হে চম্পা
চিনি চম্পা! থম্মোই খোয়রাংহনবী
খোইখোয়বা থম্মোইনা, কোচি তৌতুনা ঐগী
থম্মোই ফা-খরে লেঙবা য়াদনা
থুরুরে ঐসে লৌনম লাংদা
করি মুংগী খল্লুরে ঐসে নহাক্কীনি।

ইম্ফাল
১৯৬৪ ইং

৭

# কাওথোকপীরগেরা

নোংমা মেরাগী অহিংদা
থাজনা ঝাংনা পীক্লা থোক্লিঙৈ
লেপ্লুই নওগী খরায় থোঙ্গান্দা
চিংন-পরৈ হুক্লিঙৈ

উজগদ্রা মায়থোংদো
নোংচুপ চীংখাও য়ৌখরে
থাবলনা ঝাখোঙ লোল্লক্লেদো
চেক্লা মুবী কাক্কী য়াকায় খোঞ্জেল নিল্লক্লে

মঙ্গলার্তি শরিক থীংলিঙৈ
মালতী কুঞ্জ ময়ায়দা
কথোকচরে থবায়-হকচাং 'ঙোন্দা
লৌশিনবীখরে নহাক্লা লংনবিদনা

হৌজিক অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা
কাওথোকপীরগেরা নুংশিহৈতবা ।।

ইম্ফাল
জুন ১৯৬৫ ইং

৮

# থাগোই

কাইদ হুমলি মালঙনা অহিং ঈচিক হুনবদা
থোংজিন নাতৈ কাওলবী থাগোই য়েংনা পাউমেৎলৈ
মালঙপানসে নহাক্কী ঐগী থম্মোই হুবনে
তাইবঙ থম্না ঙাল্লিবী পীক্কা-ৱাংনা লৈবদা
পাখঙ তিল্লাং থয়োংন—মুরা পুক্নীং হুনরৈ
পামজরুরে থম্মোইদো ঐগী থৱায় ওইবনে
অমৃতনা থল্লবী, খোম্মিং কাবী নহাক্কী
তিংথোকচরে ইথুংসে অমৃত খুজোক য়াজরি।

মালঙ শউম থেংলবা, থম্মোই ইরাং হোৎরক্লে
'মুবা লৈচিন লোইনবা কল্লকচাওবা থঙ্গোনবা
থোংপাক পৌরোন থাথরে থাগোই মায়থোং খুমথরে
ঈথৌ লাংবদা ঙায়হোৎরে থুংখিদরে নীংজ-আশা
"থাগোই থাগোই" শোন্দুনা পাখঙ ঙাওচংনথরে
মালঙ-কাইদ-হুম্লবা ঈচিক হুনবা অহিংদা।

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৬৫ ইং

# নীংবা কায়বদি ঐহাক্কী

থরায়গী মবুঙো চান্নথোইবা
বরম্বা নুমিত্তা নহাক্কী থোজাল
শেমজরুবা পামজনা
লৈমন চনথ্রদরা অরেম্বদা ?
আশাগী পরেংদি নাইদে অরোইবা
লৈরাং খুদীং নঙগী মঙলান
মঙজরুবা নঙগী আশানা থন্না
থল্লগদরা নীংবা কায়বনা থম্মোইদা।

সুংশি শিঙেলও লৈনম ছল্লবী
নঙগী মিৎচি লাংদা থুরুরবা ঐহাক্না
নহাক্কী চান্ন-মিৎয়েং নত্তনা মিৎচানবী
কদাইদা করম্না নাম্থোক্কনি করিনা
নীংবা কাযবদি ঐহাক্কী, নহাক্কীদি কৈদগী
লমজাউ লম্মে থম্মোই ছল্লে ছরা ছন্না।

ইম্ফাল
১৯৬৫ ইং

১০

# নুরা নতুং ইঞ্জরি

হে ফজবী নীংথিবী ! থম্মোই ঐগী হুরিবী
শাংকায়রবী লৈরাংও খোইমু কয়া ইল্লিবী
ঐসু নতুং ইঞ্জরি ময়ামলক্তা য়াওদুনা
হায়নৈ নঙসে মিহৌই তিল্লাঃ খয়োংনা –

হো ইল্লিবা ! ময়ামলক্তা য়াওরিবা
ঐবু মীনা পাম্বসে তরৎ তরৎ পাম্বরা
মিহৌদুনা ইনবরা নঙসু মখোয়গুম্বরা
লাইরেন মতুং ঙা-ইন্‌বা নঙসু পামজরুবরা ?

হে ফজবী নীংথিবী ; থম্মোই ঐগী হুরিবী
তরৎ তরৎ পামলিবী মখোয়গুম্ব। নত্তেকো
ঙারোয় কার হঙোইচোং পাখঙ লাইবক চাওবনি
নুরা ফিগৈ শেংলম্মু পাখঙ চনীং তাগেকো।

হে ফজবী নীংথিবী থম্মোই ঐগী হুরিবী
খোঙনা থাংবা ঙমলিথৈ নুরা নতুং ইঞ্জরি।

তমেংলোং
মে ১৯৬৮ ইং

# ১১

# শংবানবী

পুক্নীং লৈবোনগী শংবানবী শিঙেল
অরাংবা লাইরৈবাক্কী ফজবী লৈতেং
তেকখরেনে আকাশ কৈরাক ননাক য়ৌনবা
ইনঙমদ্রেনে হৈনা নতুং ঐহাক্না পামজবা।

মঙলানচন্দা ঐহাক্কী লাইবক থীবা
তাইবঙ রাঙ্গোল রাংমা লাম্না
লৈরাং খুৎনা হেকচনীংবা
নুংশি লৈনম্না ঙাওরবনি হাম্না

লমমাঙলবা তাইবং মরু লমদা
কম্মিগী অমুক লমজিংবগে রারৌচাওবী
অপাউবা সংসার রাংম-লাম্না
চিংখাইনবা তাইশিন্দ্রিবা থম্মোই।

রানা রানা পুনসি লেনবনা
নহাক্কী নুঙাইবরনে শংবানবী ঐগী।

ডমেংলোং
মে ১৯৬৬ ইং

# ১২

# লাংতক্লবা

শেমজরে লৈগী শয্যা লেঙবীরকলো থরায়গী থরায় ।
হাঙলবা কুঞ্জবনসিনা তত্তনা ওংলরে থম্মোই য়াওদবা ।
কয়া থাপ্না লৈরিবগে নঙবু হে থম্মোইগী থম্মোই
মায়গৈ তরা য়েংজরি থম্মোই কায়না কৌজরি,
লমদনখ্রবগে কদায়দা হে থম্মোই য়াওদবা !
নুংশিৎনা থেংবা উনানা লেঙ লেঙ চৎপা মায়কৈদা পাম্মুবা
নহাক লাকপরা তথক তথক য়েংজরি
কদায়দ লৈখ্রবগে নহাকপু হে নুজা থম্মোই মীওৎপা ।

নুংশিবী করম কাওসিগে ঐনা নঙবু নুংশিবী
থম্মোই ঐগী রানৈ চাকলে নঙগী রাখলনা থল্লে
নঙগী রাখল মঙগ্রেম্না মাঙহনখরে বনগী লম্বী
তিংখনা থিল্লে তুম্বৌনা য়ুরে শেগায়রে ঐগী নমথাং ঐহাক্কী
লমমাঙনরে—
করম্না য়োংসিগে ঐবু নহাক্কী ননাক্তা ঐগী নুংশিরবী
রাখলনা নঙবু থকঙানা চিনবান খোয়রুম চুপচবা অসিতা
মঙায়রে ঐগীদি ।

ছমেংলোং
সেপ্টেম্বর ১৯৬৬ ইং

১৩

# মঙগ্রেম্নবা

অরেম্বদা রারুরবা ঐগী রাখল মন্দুনা
লৌনম চাওবী নঙগীদমক ঐগী থম্মোই কংদুনা,
নহাক থক্কীদমক্তা ইকাইবা কয়া নংখরে
লণ্ডন রাহৈ কয়ানা লৈবাক ছরা ছনখরে
য়াঙবীথক্কী তাউবা হুয় কঙাউনর' ঐহাক্না
লমজাও শোরোক থম্ন-চং কদায়দনো শোম্নবা
নাকোং শীংজা য়েখিবা করম হায়না কাউগবা
ঐগী নহাক উদনা লেনসিগে থম্মোই কায়না।

লাক্লে ঐগী মিত্রা মথং-মথং শশি শান্তি
মেমা-ইবেমহল সরোজিনী নলিনী
সনাহনবী সনাতোম্বী থাপ্লগা শেংনা উরবা
করম্বা মিৎস্নানো মিৎথক্ল' মিত্রংলা
উবতমক ওইরমলে অওইবদি ওইরমদ্রে
ভাল্লবা নুংথিল পোবোপ্তা পাঙনা-পাঙনা মঙলমলে

তমেংলোং

সেপ্টেম্বর ১৯৬৬ ইং

# থাবল ইপোম লৈরাং

ঈনোং কারকলে তাংথক নাইদ্রবা থাবল লক্তা
ঈরোয়ননা থাবল ইপোম তাউথজরি কৌশীংলক্তা
লৈরাংদো তাইবঙকোনগী মুরৈনরবা আকাশ ফাওনা
হায়নবীনি মীপূম খুদীং মিৎথকপী লৈরাংনি কোয়রাওনবী

তান্নরুবদা লোক্কে হায়না মতম নাইদনা শাংলিবী লৈরাংবা
তাউথরিবী থাবল ইচেলদা

ইরাক্লরেদো খোইমু কয়া খ্বাংজেংবা ঈথক-ইপোম্না থেংবদা
শাগল তুফাং হিকথনা গতি লৈত চেস্থরি ইচেলনা
উরুবদা নোক্কে থুবাক খুনা,—হুংশিনা য়েংবী কনানা।

লৌনমচাউবী থাবল-ইপোম্না য়োমলিবী লৈরাংদো তাইবঙকোনগী
পারিজাৎ লৈরাংলা লৈমন চন্নাইদ্রবী
নত্রগা থাবল ইপোম অমৃতনা তেকথৎহল্লবী মুরৈনরবী
খোইমু কয়াগী মোংফম ঈরাক্লফম শেন্নস্বরা মপুনা অচৌবা

থাবল-ইপোম অমৃত-লক্তা লৈনম চন্নাইদ্রবী লৈরাংনি তাইবঙকোনগী
ইন্দ্র-কয়া সোরারেন কয়া হোংখ্রে, লৈহৌরী শচিতদি লৈমন চন্নাইদ্রবী।

অমেংলোং
মে ১৯৬৭ ইং

## ১৫

# মায়থীবা

অমেম্বা খোঙচৎনি ঙসিগীসে
মীমাঙ ফম্নবা চৎপনে
খুলাম তোয়না কৌবদি
ওইরমলেনে লৌনম লাং
আশানা থম্না লাকপনে
অতুবু ওইরমলে মঙগী ম্নরিক পম্বেং
কাউরুরেদো ঐহাক্তি
নুংশিৎপু লাংদা থুবরা ?

ফাকুরবা চেক্লাচা নাম্থোকখরে খুত্তগী
পাইখরে লৈচিল-লক্তা থম্মোই'তিয়া ফাওনা
ম্রানা পাম্না নোমজবা
তোক্লেদো মপান্তা শাতুনা
নীংজবা মহৈই য়ান্দরে
য়াম্নবা মতম লৈতরে।

ইম্ফাল
জ.নুবারী ১৯৭৪ ইং

১৬

# কখোকপা

মমল য়াওদ্রবা হকচাংসে
মমল নাইদ্রবা নঙোন্দা
কখোকচরে ঙসিদি।
ঐগী নীংবা থুংনবা
নঙগী আশা থুগাইরে
ৱারৌগম্নু কৈদৌগে ?
সংসার অসি কাউরগে
মিকুপ'মগী মীনোক্তা
নঙগী ৱাখলদা লুপচরি
ৱাখলগী মঙলান মুঙাইবা
ভাবকী দলান শাজরে
লেঙশিল্লুবা কৈদৌগে ?

মতম কুইনগী তুংদা ৱাখলগী মঙলান মঙফাওরে
পুক্নীং হকচাং তিম্নবা পামজ-নাপ্পা ঙানখরে।

ইম্ফাল
ফেব্রুৱারী ১৯৭৪ ইং

## ১৭

# মঙলানগী চান্নবী

মতম কুইনগীতুংদা উরম্মী মাবু মঙদা
হায়রম্মীনে মানা'ঙোন্দা "ঐদি চৎলগে পাম্মুবা।
লেঞ্জরুগে পুনসিসে চীক্লবা লাইফম তির্থদা
বিমলাস্থ চৎখরে নঙনা করি হায়বগে ?"
মাগী নাক্তা ফমদুনা হায়জরম্মী মঙোন্দা
"থিংবা লৈতে ঐহাক্না নঙনা তির্থ চৎখিবা
নঙনা খঙলিবদুনি লৈঙমদে ঐদি নঙবু উদা
অদুবু নঙগী আশা-মায়োক্তা লেপ্লরোইনে ঐহাকসে"

মাগী খুৎনা খুত্তা থম ফম্না ফম্না থকঙানা
রাংন পীক্ল' থাজয়েং অহিং তংখায় হেনখরে
মিৎস্না লাইজ থল্লবী পুনসিই বিদায় নিরিবী
হাঙহৌবা তারে থম্মোইসে থিংঙমগদ্রা মতমনা
থাপ্ল তির্থ তাম্না য়েং ঐগী পুনসি লোমখরে
য়ৌরক্লবরা থবায় ঐগী ননাক্তা লুংশিথোইরবী।

রাঁচি
জুলাই ১৯৭৭ ইং

১৮

# "উররোইদ্রা"

ওস্থোকপনি ঐগী পুনসি অরেম্বনি
নঙবু ঙাইবদা কেমলে ঐগী পুনসি
কুঞ্জগী লৈরাং শাংকায়রে মকা ফম্না
লৈনম্না থল্লে মায়কৈ ছরা ছম্না ।
থাবল ইপোমদা ৱাখল কৌশীং তাউরি
নীংশীংবা ঈথক্লা তত্তনা থেংলি
ঙাইঙমদ্রবা ঐসে থল্লে লাঙতক্ল'া
খোয়রাং খোয়শাওনরকলে থাঙঙমদনা ।

আশা কয়া তৌরুই ৱাখল মঙলান মঙলুই ।
কোনশিন্দুনা থমজগে পুনসিচুপ্পা
নাস্থোকহল্লরোই অমুক কদৌম্নুংদা—
আশাগী ফুরা নীংথায়খ্রে মচেৎ মচেৎ
অহিং অসি হৌখরে হল্লক্লরোই অমুক
উররোইদ্রা অমুক চান্নবা নঙবু ।

ইম্ফাল

জুন ১৯৮১ ইং

## ১৯

# চৎলি অভিসার

শুরমাল্লে ঙসি হুমিৎ ঐগী
ইপাম লমদম থাদোক্লমলে ঙসি
চৎলি অভিসার হুংশি মকাদা
য়াঙ্গোইরুনি পাম্মু মরানয়ায়দা ।

ঈ মত্‌মদগী মী ওইহনবীবা
পলেম পম্হৌ থা-হুনা হুংশিবা
থা-রে নাবা পুন্সি নরু'পুম্বা
চৎলে ঐদি লমদা ইনৌ নৌবা ।

'হুবু মাগীনি, মাগীদমক্তা
ঐগী হুংশিথোইবা মাগীমক্তা
থাদোক্লে পুম্বা ঐগী লৈজবা
কথোকচরে থবায় হকচাং পুম্বা ।

শুরমাল্লে ঙসি ঐগী হুমিৎ ইথন্তগী
চৎলি অভিসার হুংশি-নাক্তা থম্মোই কুঞ্জগী ।

নবেম্বর ১৯৮২ ইং

২০

# থিজরুগে কংনাইদ্রবা ঈফূৎ

নীংথিবী ফজবী, ঐগী থম্মোই হুরিবী
শাথেক্কা শাওংদা তাইবঙপূম্বা শুক্সাৎলিবী
নশেক নঙালনা মালঙ তাইবঙ ফাওনা ঙাল্লিবী
নশক্লা নতৌনা মীওই' থম্মোই শুক্সাৎলিবী ।

য়েংলকউ অমুক্তা মিৎ-চি হাইনোক চিনবান কাংলপ
থরায়না পোম্থানি নঙগী পিশুম অনি লক্তা
লেপ্পীয়ু ইমাঙদা খোয়রাং হৈ'নি তনিক তনিক
খুবাং চাংজো তরা লোন্নজগে তথক তথক ।

উৎপীয়ু নঙনা লম্বীদো কংনাইদ্রবা ঈফুৎ য়োবা
থকচগে ঈফুৎকী লাইজ জগৎ পূম্বা কাউঙম্বা ।
লৈয়শেম্বা মপুগী শিম্থা লেপত্রিবী ঈফুৎনি
লৈয়শেম তুশেম য়াওরিবী কংনাইদ্রবী মহাক্নী :
চীংদোঙদৈই কূমথজগে তম্পাক্তা ঈফুৎ লম্বী তম্না
অপাময়াই তেঙ্গাথোং থিজরুগে ঈফুৎকী হৌরকফম ।

দিসেম্বর ১৯৮৩ ইং

২১

# কদায় ঐগী শান্তিদে

আশারাণী থরায়গী
শান্তি দেবী থম্মোইগী
থাবল ইপোম লক্তুদি
মীচিক মীখোল তাদরি ।
মাঙদা উরে থাজদি
পাউদম্নরে আশারাণী
"থম্মোই ঈংলবী নহাক্নী
কাউজ্জদরি শান্তি দেবী ।"

চীক্লবা চীংদোল থক্তুনি
শুক্লবা উমং লক্তুনি
ঈচিক হুনবা থাজনা
তাইবং হুরা হুনবনি ।
মীচিক মীখোল তা-দরে উচেক রায়া খোংখিদ্রে
অহুবু কদায়— ঐগী শান্তিদে ।

তমেংলোং
ওক্টোবর ১৯৬৫ ইং

২২

# লোংখ্রবরা উনারক্তা

উজনীংবা মায়থোংনি
কাউরবোইদবা মিৎয়েংনি
থম্মোই তাসোন লেংবনি
থোপ কায়ন খলহনবনি ।

অৱাংবা চীংদোল থক্তা
শুক্রবা উম্নুং লক্তা
চেক্লানা খোংলি মখো পোঙনা
হারিনা নিল্লি উমং থম্না ।

উনারক্তা লোম্না য়েংবী
চীংম্নুং-লক্তা চীক্লা কৌবী
মালঙ তাম্থাদা মাঙখিবী
থম্মোই মিৎস্না ৱাংমদৈই ।

উজনীংবা মায়থোংদো তিনখ্রবরা অহাঙবা আকাশতা
কাউরবোইদবা মিৎয়েংদো লোংখ্রবরা উনারক্তা ।

তমেংলোং
মে ১৯৬৬ইং

# ২৩

# হে থাপ্পা ফজবী

থাপ্প-থাপ্পগা ফজবী পূক্লীং মিহৌহল্লিবী
বসন্ত অয়ুক্তা অশংবা ফীগেনরিবী,
থাপ্প-ফজবী মিংয়েং কারল লা-নঙমদ্রে
কদায়দনো হে পোইরৈ ছিন্ন ফাওরিবী ?

নহাকথক্কী দমক্তা লাল্লুরে বরাক মক্রু
নশুংলাংগী কাক্লরে কাটাং মাগুলোং
লৈয়হেম্নরুরে খৌপুম গেলোন
থাক্তরে লোক-তায় লোকচপ শুরুং চঙলুরে

অদুবু চংল-চংলগা লাপথোকখ্রে নঙদি
নঙদি থাপ্পা ফজবী পূক্লীং মিহৌ হল্লিবী ।
শজিগী খোঞ্জেল উচেক্কী ইশৈ
শামুগী বাজায় পা-স্বগী ঙংলাউ
নহাক্কী য়ারানা হম্মোই থূদ্মাংলে
কদায়দনো নঙবু হে থাপ্পা ফজবী ।

ওমেংলোং
মে ১৯৬৬ ইং

২৪

# কদাইদা লৈখ্রে কবিতা

চাকরীগীরী রুটিন দ্যুটিদা পঙশিল্লবা খুংশিনা
পায়দুনা মুক য়াওদ্রবা মচীন পংলবা কলম
রাখল থোক্ত্রবা, অনৌবা ঈশুন লৈত্রবা থোপসিনা
করিনো ইগদৌরিবা, খোংচিনগদৌরিবা করম করম ।

কংলবা থোপ লৈকঙলাদা করম্বা বসন্ত লৈরাং
অনৌবা য়েন্নীং হুন্দুনা লৈশাং তম্লক্কদগে পামজবা লৈরাং
বসন্তদি লাক্লে, মপাল-মরা য়াওনা ফুক্লবা
কংলবা উ ফাওবা য়েন্নীং হুল্লে অনৌবা

অদুবু কদায় ঐগী রাখলগী কবিতা লৈরাংদি
অমুক হন্না চোংদ্রে অনৌবা য়েন্নীংদি
মকায় মকায় মচোই মচোই তারবা পুনশিনবা য়াওদ্রবা
মপাল মরা মশা চোইজাইনরবা কংলবা

চোংঙমদ্রে অনৌবা য়েন্নীং বসন্ত লখাগী মোইথেমদা
পত্তুনা পুমদুনা মাঙথ্রে চাকরীগীরী রুটিন দ্যুটি লৈখোন্নুংদা।

ইম্ফাল
১৯৭২ ইং

২৫

# মহৌশা

অসিদা ঐনা ফম্লম্মী চৌক্লবা লম্বীগী নাকন্দা
চাউরবা খোংনাং পাম্বীগী উরুম মখাসিদা।
লম্বী অসি মোন্দুম য়ৌবনি—বসন্ত ঋতুদা
নহাশিংগী তিনফমনি, ঐনা তারী—নায়তোম তারবা
ক্বাক'মনা খোংলি, অথাপ্পদা যণ লাব'মস্থ খোংলি।
থুনমক হোংথ্রে আকাশ অঙাঙবা ফিজোম্না,
উচেক্লা খোংলি, খোইমুনা ঙংলি, মকুনা লাউরি।
হারি খোঞ্জেল তিম্নবা পূম্নমক পূল্লি ঐগী থম্মোই

মিহুল চোংহল্লি, ঈংলবা মুমিদাংৱাইসিদা ঐগী ঈদি
শারক্লে—মসিবু করিননো, অতুগা হায়বীয়ু ঐগী
নাক্তা কনা ফমলি,—কনা ফমলি ঐগী নাক্তা?
অসিনরা পূম্নমক নৌনা ফজরিবসে নত্রগা মহৌশাগী ফজবনরা

ঐঙোন্দদি খেম্নবা লৈতে খেম্নবা লৈতে পূম্নমক পূম্না
তিম্নবনি, অমত্তনি, পূম্নমক মহৌশাগী মহৌশানি।

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৭৪ ইং

২৬

# হৈনজদে

করিগুম্বদা এসপ্লানেদতা ঐনা
কনাগুম্বী লৈশা মতুং ইল্লুবরা
নত্তে নত্তে মত্থদা নত্তে ঐনা
অদুবু ভিক্টোরিয়া মেমোরিয়েলদরা ?

হায়বীয়ু মহাক অদু কনানো
খণ্ডদে খণ্ডদে ; মাবু শুকখণ্ড খণ্ডদে ঐনা
অদুবু মহাক ঙসিদি লাকপরা ?
"হোয় ।" অদুবু রাস্থ ঙাওদে থেংস্থ য়েংদে

অদুগা অমুক্তং য়েংলকপদুদি
অকি তুককচ্চরবা শক্তমনি
থং-নি শোয়দনা মঙদা উরবদি
হস্থগ্রি ঐগী মিচ্ছল ঙসি ফাওবা

ঐহাক হৈনজদে হৈনজদে তাম্রলিপ্তগী
মকোই হৌবী তুশাংবী লৈশাশিংসি ।

কলিকতা
আগষ্ট ১৯৭৪ ইং

২৭

## নঙ কনানো

মখোয়না হংঙী – "নঙ কনানো ?"
ঐনা হংঙী – "কনানো নখোয়দে ?"
নখোয়না হংঙী "ঐখোয়না কনানো ?"
পাউখুমদি ফংদে অমত্তা খুমদে।

ষম্বন্দা ক্ষমই কোয়না য়েংঙী
কদোমদনো কদায়দনো ?
"নখোয়না কনাগীনো ?" মখোয়না হংঙী
ঐখোয়না হংঙী—"মখোয়না কনাগীনো ?"

তত্তনা হংঙী পাউখুমদি ফংদে
অহুবু পোত্থাবা লৈতে, থবক্তি লেপ্তে।
ঙসি ওইরে নখোয়গা চামিন থকমিন্নরে
হয়েং ওইনি কনাগী নাকন্দা ছুরী থিল্লমলে।

ষম্বন্দা ক্ষমই, হংঙী পাউখুমদি ফংদে
পোত্থাবা লৈতে চেল্লি চোংই থবক্তি লেপ্তে।

ইম্ফাল
মে ১৯৭৭ ইং

২৮

# শক্তিমান

শক্তিমাননি শক্তিমান—মিলিটারী গাড়ীনি
ঙসি কোনভোয় লাকপনি জখামাদা চৎপনি
বরাক তুরেল ফৈন-লান কারোং থোংজাও লানখরে
পরেং পরেং চৎপনি মৈরা পরেং ইল্লকলে।

খোঙনেম খুনগী খুনীংথেক ঙম-ন লুর' কোচিননি
তপ্পা ঙংনা হাইগৎলি থেক্লা লৈইরি গাড়ীদি
অমা অনি চৎখরে অহুমশুবা লানখরে
মরিশুবা শক্তিমান লোকচপ তম্না হাইথগ্রে।

মাঙতুং গাড়ী পুম্বা চপ লেপ হোরোন কম্না খোংলক্লে
শক্তিমান পুমতোই তোইবনি নাহে খোঞ্জেল থনবনি
খুদক্তা শিরে জবান মরি অশোকপশিং ডাক্তরদা
করম থাদৈ থিরক্লে তোয়না হংলে ড্রাইভরদা।

"মাঙদা উথি পুলিস লম্বী তাকথি চৎনবা"
ঙসিদি লৈরে লাইশং 'মা লেপ্পরোই অমুক লম্বীদা।

কারোং
জান্নুয়ারী ১৯৭৮ ইং

২৭

# অরোইবতদা মখঙজৈ

পোমশাৎনবী শীঙেল্লক্কা অপোম্বা লৈরাং লৈবনি
শাৎকায়রবী শীঙেলবু পোমশাৎনবীনা পামজরি
লৈমন চনবী লৈরাংনা শাৎকায়রবীবু কল্লকচরি
অপোম্বা লৈরাংদি কনাবুসু কল্লকচদ্রি ;
অপাম্বসু লৈজদে, য়েংজৈ তিনজৈ মথোই'লক্কা
খোইমুগী খোঙ্গাও খঙজদে খোইমুগী নাউথেম তাজদ্রি
খল্লুদে, হংলুদে করিনো ! মরেঞ্জৈ য়েংহুনতা
হংলুবসু তাক্লক্তে, করিনো খঙদনা মরেল্লী ।

অদুবু, করিগুম্বদা—ঙংদি-ঙংলুই ইশৈদো
লীরুই কনাগুম্বদা অর্থ খঙদ্রবা রারীদো ;
মতম খোঙচৎ লেপ্পা লৈতে মহৌশা শাজৎ কায়বা লৈতে
হোংলি অচীক অশা, বসন্ত ঋতুসু লাক্কবা তৌদে
অপোম্বা লৈরাং পোমশাৎনৈ পোমশাৎনবীনা শাৎকায়জৈ
লৈমন চনথি শাৎকায়বীনা—অরোইবতদা মখঙজৈ ।

ইম্ফাল

ফেব্রুবারী ১৯৮১ ইং

৩০

# হিংদবা য়াদে ঐগীদি

করিগীনো নখোয়না হস্থনা য়েংবিরিবা ঐবু :
করিগীনো ময়াম্না থীনা ভাওনবিরিবা ঐবু ;
ইয়ুমদগী তাম্থোকপিরে চংজফমস্থু লৈতরে ;
হেংনক্লবে মফম কয়া থিজক্লরে থোঙ্গাল কয়া
পূন্নমক থিংগ্রে হাংখিদরে থোঙ ঐগীদমক
হিংদবা য়াদে হিংদবা য়াদে, ঐদি শিনিংদে
হরাউ তয়ামস্থু পাম্মী ঐদি নহানি মপোক কারকপী
চংলি হৌজিকস্থু অবা অনা খঙদনা মখোয়দি।

হিংনবগী লম্বীদা অকি অথং লৈতনা
চংপা তাবনি লম্বী পূম্বা অফ-ফত্ত খঙদনা
নোমস্থু নোক্লুই নোংমস্থু কপ্লুই থোকউ থোকউবা
মীরা মীশা ভাওন লক্তা কনাবুনো কিদোবা,
থীরে ফজরে ওক্কে মখোয় মখোয়গী 'বানি
হিংদবা য়াদে শিংনিংদে, হিংদবা য়াদে ঐগীদি।

ইকাল

ফেব্রুয়ারী ১৯৮১ ইং

# "হুখ্রবরা লৈজপুম্বা"

ফজরবা শকফমদো নঙগী কদাইদা লৈখ্রে ঙসি
নঙালনা মায়গৈ থল্লবী পাখঙ মৈরাল ইল্লম্বী
নঙগী মিৎচি হাইনোক্কা নোংথাং তত্তনা কূপ্লম্বী
পাখঙ পুদৈব্রে তুন-শক্তম কদায়দা লৈখ্রে ঙসি?

কোকিল ঙমজ নখোঞ্জেল কদাইদা লৈখ্রে ঙসি
নঙগী য়াৱা তাবদা নম্বুল ঈচেল লেপখিবী
খোয়খুম্লবা খোঞ্জেলদা লোক্তাক্পা ঈথক হৌখিবী
যন্ত্র স্বর ঙমজ-নৱাহৈ কৈদা লৈখ্রে ঙসি?

ঙসি চহি কুনগী তুংদা শুপ্পতগী কুনগী তুংদা
পূম্নমক ওনখ্রে শাথিনা ওল্লে লৌখৎ য়াদা
নাল্ল'- মায়খোং থুইরম্মে লূর' মিস্না চোৎলম্মে,
পা-ল্ল' কুচু ফুরাউনরে—লংল' নয়া তেক্লম্মে!

হন্থখ্রে মিৎথকপী থাবোম মাঙখ্রে ফজ' পুম্বা
তৌঙম্বী মতম্না হুখ্রবরা নঙগী লৈজ পুম্বা?

ইম্ফাল
মার্চ ১৯৮১ ইং

৩২

# ঈশৈ হৈবী ইবেমহল

ঈশৈ হৈবী ইবেমহল চৎলি য়ুমথোং খুদীংদা
"লাইগী থোগল তৌদ-য়াদে কুমজা খূদীং লেপ্তবনি
সনাইবেম্মনা হনদৌনি ঐনা খোম্বাংজগনি
ওঝাস্থ ঐনা শীনগনি ফমদ-ফম্বীয়ু ময়ায়দা।"

অত্তুৈ লৈশা ঈনথংৈ পাংখৎ কোইনাউ চামনি
মাণ্ডব পূম্বা পাবনি ইবেমহল ঈশৈ ইল্লম্বা।
হৌজিক্কি পোক হৌ-রবা য়াম্ন খর তেক্লবা
তাবিনবা লৈতরে মাণ্ডব পূম্বা হাঙবনি।

"ঐদি ঈশৈ শক্লীংলি মী পূম্ববু তা-হন্নীংই
মীনা পৈশা থাবদো ইবেমহল ঐনা পামজৈদো
স্নাইবেম্মই ঈশৈনি অচৌ অশাং তিল্লিদো
মখোয়না পৈশা থাবদা ঐগীস্থ শরুক মথুংই।"

ইবেমহল লেপ্ত শকচরি ভাবক্কী ৱারী মশারী
ইবেমহল শকপা পেন্দরী "ঈশৈ লোইরো" লাউরক্লী।

ইম্ফাল
মে ১৯৮১ ইং

৩৩

# "কুমুগী শাই"

"ঐনা হৈতবা লৈবরা ওঝা গুরু কয়ানি
শাই নোট বাসক বংদেশ মুপা পালা মুপী পালা
ঐদি লোইনা তমহৌই লৈবাক্কী ওঝা পম্হৌনি
তাল-মুং খুৎথেক লাকথেক থাগৎনৈ ঐগী পালা।"

মখোয়না হায়—"হংলুসিনে ওঝা সনাদা"
শাইগী শৈদা শক্লে ঐনা ওঝানা য়ারে ফরে হায়না
ঐবু থানদে মখোয়না সুর তাদ্রে শাইদা
ঐবু খণ্ডদবোই খনবরা হায়রিমাল্লে কল্লক্কুনা।

ঙসিদি মাণ্ডব থল্লে তারগনি কুমুগী শাই
নোট শকপীগী শাইনি য়েংনবনি মখোয় ঙম্না।
রাগ হৌগৎলকপদগী অমা চৎথি অনি চৎখি।
কুমু শকলি মমিৎ উইশিন থরায় য়াওনা খণ্ডজবা শাই।

মিংকুপ্তা ভাবক তাকখরে পালাগী মী য়াওখরে
অরোই ঈশৈ মথন্তা শক্লমলে থাওমৈফাও মুংলমলে।

ইম্ফাল
মে ১৯৮১ ইং

## ৩৪

# "হিংনা হিংনা শিরবা"

হিংনা হিংনা শিরবা মীরেম ওইর' নহাক্নী
নঙগী নরা চৎত্রবা নরা তানীংদ্র' নঙনী
সমাজদা মফম লৈত্রবা মীনা থৌওইবীদ্রবা
কনাই কান্ন' তৌদ্রবা নঙনি চাবা তিংলবা।

হিংনা হিংনা শিরবা মীরেম ওইর' নহাক্নী
হিংখিবা তারিবরা মীরেম ওইন' নহাকসি
নতুং ইল্লম কয়ানি নয়াথং ঙাইরম মখোয়নি
নঙগী য়াকা য়েংবনা মখোই নুঙাইজবনি।

তুংইনবনা তুং-ওনগ্রবা নয়াথং থৌওইবিদ্রবা
নয়াথং থুগাইবনা মখোই'-নুঙাই' ওইগ্রবা
নয়াথং ঙাক্ত' মখোয়দা করি তৌজ' ঙমদ্রবা
নকন্থিনা নরন-ফোয়দংলবা মুংদা প্রোক প্রোক চাক্লবা

হিংনা হিংনা শিরবা নঙসে, থৌওইবিদ্রবা মীনা
হিংখিদ্রা হিংনীংবৈইদমক লৈখিদ্রা শিনা হিংদুনা।

ইম্ফাল

সেপ্টেম্বর ১৯৮১ ইং

৩৫

# "করি কুমদমনো লোইয়ারাকপা"

লোয়ারাকপনা কুমদমলি নোংখোঙ ফুয়না হৌরকলে
নুংশিৎ নিফুমাপলনি নোংলৈ কয়া তিল্লরে
"গুরুং গুরুং" ঙংলকলে, "ব্রু ব্রু শেৎ শেৎ" শিৎলক্লে,
লেনগা লোয়ন-নোংলীনা প্রোপ প্রোপ শেৎ শেৎ তারক্লে।

খৌগংলবী মালেমসে লাইজ খৌবুম থকচরি
য়াঙ্গংলবী তুরেলস্থ নোয়থৎলক্লী হরাওরি,
নুংশানা কাহৎলম্বী হুমাই হুম্না খাঙলম্বী
ঈংথরবী মাঙ্গোলদা হরাও নোকচৈ—নীংথিবী।

লৌবুক্তা কোয়চেন চেল্লি পৈশিল্লি ফৌবৈ লৌউবা
য়ুমথক্তা লেপ লায়রবা চরুনা মেল্লি অহোবা
চরুই ফমুংথক্তা তারক্লি নোংগী মরী তোপ তোপ
লায়র চুদৎ য়াঙ্গংবা কুমলাইনা লাইওইরবা

হোংঙুরা'মা কোক্তাখন তাশিন্দুনা পোম্ফ্রী ফম্লী তুম্বক ফমুংথক্ত
শাউনা য়েংলি নোংথক্তা শোল্লি মুরুম মুরুম করি কুমদমনো
লোয়ারাকপা

ইম্ফাল
মার্চ ১৯৮২ ইং

# লৈগী তেন

মৈগী তেনদি কয়ানি খুৎলাই মশীং ৱাত্তরে,
ঈশিং মুংশিৎ খুৎলাইনি যন্ত্র মন্ত্র চিংখদ্রে,
থাঙ্-তা লম্মু লোঙ্ উতুপ চৈতুপ্ নূংতুম লৈতুম
ইৱাৎ থৌনি চবান-তুবান হীগায় ৱাকায় কয়াস্থু
অখাক লৈত-লংলকপা করি তৌবা ঙমদেদো
খুৎলাই-ময়াই চমলেদো করি তৌজ ঙমদ্রেদো।
লাইরেন' ৱাখল তৌরকই মথঙ করি কাপসিগে
করি খুৎলাই লংসিগে করম হীগায় থা-সিগে ॥

লাইরেন' ৱাখল ফুম্বংনৈ গতি মচীন তেক্লদ্রা?
লৈমা খুত্তুম থবাক য়্যৈ লাউনা-খোংনা কপ্তুরা ?
থম্মোই লৈকোন-মুংদগী মুংশি লৈখল কয়াগী
লৈগী তেন্দি নৌরবী মুংশি মন্ত্র শোল্লবী
নাপল চাউবা মহাক্কী কাপ্লক্লে মকাই-তম্না
পাখঙ ৱাম্থ তাথরে থম্মোই ফাউরিৎ পান্দুনা।

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৮১ ইং

৩৭

# শক্তি

মহামায়ানি শক্তি হায়বী নহাকসে
বিন্দু অমত্তং ফংবদা নঙগী নঙাল
অকিবা লৈতে পাকথোকই মীনা কিনৈ
থৌওইদ-ঙমদে শক্তি বিন্দু তুংলিঙৈ।

পুলিসনি পুলিস লম্বী য়ায়দা লেপলিবা
হাইরি হুমলি, থাঙ্গৎলি মথুৎ মশা
মথুৎনা থিনবা মায়গৈদা চেল্লি চৎলি
মী গাড়ী শগোল শামু লেপ্তে চেল্লি।

মথুত্তা থাঙ্গৎ লেপলি মখোয় পুম্বা
মবুক্তা খল্লি ঐ মঙায়রে গুণ লৈবা
লেপহল্লি মন্ত্রি অফিসার মঙোন্দে হেনবা
লেঙহন্দে মখোয়দো মানা শাউথিবা।

গাড়ী পরেং লাকলি সাইরেন খোংনা ফিরান থেৎনা
কম্না থৌখি থিংঙমদনা মানা থাম্না থাম্না।

ইক্বাল
আগষ্ট ১৯৮২ ইং

৩৮

# থেংনজরোই মখোয়গা

মৈতলোকসে ঙসিদি থল্লে থূরক হাঙদনা
লাইসেন্স পায়বা মীহাৎপা লাইসেন্স পায়দবা মীহাৎপা
চৎলি কাত্থু-কায়ল লম্বী লৈরক কোন্সাং থুংনা
অনিমক থোৌনা ফৈ খুৎলাই পায়দবা মীশিংতদা
খুৎলাই পায়ন' মশেলদা থোৌনা অত্থুপ ফনদে
হোৎনৈ উনদনবা লৈথোক্লে, হেঞ্জিন্নদে
নোংমা থেংনৈ মখোয় মশেল য়েংনৈ চীংনৈ লোৎনৈ
শ্বাই মাঙথি য়ামদ' কাঙবু, মফম অত্থু লাম্লংনৈ।

খুৎলাই পায়দবা মীশিংদো চম্মা লৈজরিবা
লাইসেন্স পায়বা পায়দবা অনিগী বলিগী শা
খঙদে কৈদৌঙৈ উৎলনি খুৎলাইগী মতিক
মখোয়দা মীহাৎপা কাঙলুপ অনিগী মঙন
খুরুমনৈ হায়জে তত্তনা শকউদ' মঙোন্দা
থেংনজরোই মখোয়গা ভাইবঙসিগী পুনসিদা।

ইম্ফাল

সেপ্টম্বর ১৯৮২ ইং

৩৯

# ওইরে ঐখোয়দি মরু য়াওদ উপাল

আশাগী তুংনফম ওইরিবা নঙনা
নিরাশাগী মপৈ ওইরক্লবদা
কদায়দনো ঐগী ৱাখল' পোথাংফম
করম্না লেপসিগে পুক্নীং পোল্লে'ফম।
হিংলিঙৈ তাইবঙদা শারুই ৱাখল ফুরা
থমলুই নঙবু ৱাখল ফুরা নুংদা
লৈতেংলুই নঙবু ৱাখল লৈতেং কয়ানা
খল্লুই থল্লগনি নশেক নঙালনা।

আশা তৌরুই লেপচ'নি নঙাল-লক্কা
নঙগী নঙালনা ঙানগনি মম্ল'থম্মোই
মতুতনা পেঞ্জবনি মাগী-ঐগী
নঙতনা আশাগী তুংনফম ওইবা
মাঙহল্লবদা ৱাখল-লৈতেং ফুরা
ওইরে ঐখোয়দি মরু য়াওদ'-উপাল।

ইম্ফাল
সেপ্টেম্বর ১৯৮২ ইং

# মমল য়াওদ্রবা নূংদূম

তুংগী আশানি খঙ্গরুবা নঙনা
ঐখোয়তগীনি নীংজরুবা ঐখোয়না
লৌরক্লগা আশা মাঙহন শক্তম নঙনা
নীংবা কায়রবনি তাইবংদা লৈনা।

পীক্লবা থম্মোই পিঞ্জর থম্না থম্না
নিল্লম্মী মুংশির' নখোলনা তশুনা
ওইরক্লে ঙসি য়াক্ল' শেং কায়বা খোঞ্জেল
শেগায়রে থম্মোই পিঞ্জর মচেৎ মচেৎ।

ঐগী মাগী শাগৈগী মণিতুনা
ওল্লক্লবদা মমল য়াওদ্রবা নূংদূম
মন্ত্র শক্তি য়াওদ্রবা মঙাল লৈত্রবা
মখোল খোক্ত্রবা মীনা হুন্দোক্লরবা

করম্বা আশানা তেনশিনহন্নী ঐগী
লোইনাইদ্রবা অরা'রাখল লীশাং মাগী।

ইম্ফাল
সেপ্টেম্বর ১৯৮২ ইং

# হাংদোকলি কার কিনা কিনা

মীওইবৈই শাজং অঙকপনি অঙকপা
কনা লৈ তাইবঙদা মুঙাইবা পামদবা
কদাইদা লৈ মহাক্তো শুকচাও চাওথোক্কবা
মীওইবা সমাজদা উজদ্রি ঙসি ফাওবা।
চাওবনা উথি নোংমা—মন্ত্রিনিনে মহাক্তো
মবুক তহি তহি কং থোরক্লি তপ্পা তপ্পা
চপ লেপ্লি কার মমাঙদা মানা তোংদোদো
হাংদোবলৈ কারগী থোঙ মুপা অমা চেম্থোক্কুনা।

মবুক্তা শাউনীংখি চাওবা—চাওথোকপ্রেদা মহাকসে
ঙসিদি ওইরে চাওবা মন্ত্রি অমা লৈবাক্কী
মবুক তহি কংলকলে মাস্থ নোয় চাওরকলে
মথোঙ তপ্পা থাংজুনা থোরক্লি মহাকসে
মহাকস্থ লেপ্পী কার মাঙদা কোয়য়েং য়েংলি শাউরী
মুংশা ফুয়ন-হোন চেনশিঞ্জে মুপা হাংদোকলি কার কিনা কিনা।

ইম্ফাল
সেপ্টেম্বর ১৯৮২ ইং

# ঙসিগী ঐগী চান্নবা

কদায়দনো নঙবু ! ঙসিগী ঐগী চান্নবা ।
য়েংজৈ খুনীং কাঙনা থিজৈ মফম খুদীং শুনা
নঙগী থৌজালতনা হিংদৌরিনি ঐখোয় পুম্বা
ইমা ইচা, মুপা—নাহুনা লৈবা কুম-পুনা ।

করম ফংনি নঙবু ঐগী ঐতগী চান্নবা !
মীনা তিন শিংলবী লুনা তৌবনি নঙতনা
কদায়দনো নঙবু ঙসিগী ঐগী চান্নবা ।
থিজৈ মফম খুদীং য়েংজৈ খুবাক লাইখল শানা ।

ঐগী লৈজ'পুম্বা কখোক্লবনি নঙোন্দা
খাকহৌদরে অমুক মুপীগী লন ইকাই থীবা
ফংননবা থরায় নঙোন্দে থরায় পীবিবা
ফংজবদা নঙবু অমম্বদা অঙানবদা

কদায়দনো নঙবু ঙসিগী ঐগী চান্নবা
কৈদা ফংনি নঙবু ঐগী ঐতগী চান্নবা ।

জাঃ ১৯৮৩ ইং

৪৩

# মহাক্তি শোয়দনা কপ্পমগনি

মহাক্তি শোয়দনা কপ্পমগনি
মচিনবান্দা নোক্লবস্থ করিগুম্বা
মবুক্তদি শোয়রোই লেপ্পা কপ্পম্বা
মহাক্তি শোয়দনা কপ্পমগনি।

মাগী অমত্তা ঙায়বা আশানি
মাগীদমক লৈজবা পুম্বা তিংথ্রবনি
মরল মথুম ময়ুম মকৈ তুমথ্রবনি,
মাবুতা মতমচুপ্পা খঞ্জবনি।

ঙসিদি মহাক লৈখরে ভরঙগী লৈবাক্তা
মালঙদা তাউরি খঙখিদ্রে মাবু নুংশিজন।
খুমখিদরে অমুক মানা তোয়না তোয়না কৌজবা
তংখরে মরী পুম্বা পোকপদগী লোয়নরকপা।

করম্মা কায়রোই আশা পুম্বা পুমতোই তোইনা মাগী
করিগী কপ্লোই, মহাক্তি শোয়দনা কপ্পমগনি।

ইম্ফাল
মার্চ ১৯৮৩ ইং

# কৌই অপঙবা অহল

থায়না সত্য যুগতা পাল্লম্মী নিংথৌ অম্না
য়াম্না কল্লি হায়নৈ, লৈতে অতৈ অমা মালেমদা
মাগুম্না রাশক চেৎপা মাগুম্না পাঙ্গল কনবা
কিদবা লৈতে মাবু মী লাই হিংচাবা পূম্বা।
যুগ কয়া হৌখি স্বর্গদা লাই হিংচাবা লান্দা
হিংচাবা কয়া হাৎখি লাইশিংগী তেংবাংলান্দা
পেল্লবা লাইশিংনা হংখি "করি বর পাম্বা"
নিজখি মানা "পোত্থাজগে তুমজগে পেম্না।"

রাববা নিংথৌ পাঙ্গনবা তুমখি মুঙাইনা লোকচপ্তা
তূম্না তূম্না হৌখি যুগ মথং মথং সত্য ত্রেতা দ্বাপর কলি
মিকপ থোকখি কুনগুবা শতাব্দিগী এটোম্না কায়বদা
থল্লম্লে মালেম পীক্ল হুই'মুক রাংবা মীনা ঙক্ল থবক তৌই খঙ্গবা
খেন্নবমলে লোইনা —অচুম্বা-অরানবা মানা খঙবা
মাবু উরগা-নোক্লৈ মথোয়না, লঙনৈ কৌই অপঙবা অহল।

ইন্দ্রাল

৪৫

# কদায়দনো ইমা

নীংশিংলকলে ঙসি ঐগী ইমাদো
কদায়দনো ইমা, খোম লায়ে ঐদি
তোয়না তোয়না কৌজে কৈদনো নঙবু
খোম লায়ে ঐদি কদায়দনো ইমা।

নোংমা উখি—মখোয়না পুখি ইমাদো
মুমিংতুদৈই উখিত্রে মাবু ঐদি
খিকুই মকম খুদীং ফংবা লৈতে মাবু
থুমখিত্রে ঐনা কৌবা লোংথ্রে ইমা।

লেল্লক্লি মুমিংতুদৈ ঙসি ফাও
উন্নী উনা নাপী শীংবী চাহুনা
কাউবরবরা ইমাগী খোম্লাং মহাও
অরাম-খৌরাং কোকহনবা কাউনি করম্না ?

লাম্লবা মুমিংসিদা নীংশিংলকলে ইমা
খোম লায়ে ঐদি কদায়দনো ইমা।

ইম্ফাল
মে ১৯৮৩ ইং

# নঙগী ঐগী শান্তিনি

না পাঙ্গল কনবদি নঙগী য়াইফনবনি
না নাদ-য়েক্কবা নঙগী ফন-নবনি
তনা খ্বাইদৈই হেনবনি ঐতনা খ্বাইদৈই কনবা
ল্লিমথৈ নহাক্না তুংনফমনি শান্তিগী।

পী ওইবীগী অপাম্বা নুপীগী মিহৌবা
লাইবা লৈতে খম্বা নাইদে, ওম্বা লৈতে শীংথাবা
মপান-মিহৌ মখোয়গী কনা লৈবা খিংওম্বা
রম্বা মতমদা কনা লৈখি—মী, লাই, হিংচাবা?

ীংথানরী মীহৌরোন কয়া মথং মথং ওসিফাও
হলেনগী হাক্লক্কী তুমখি চাউরবা ত্রোই কোম্নুং
অপাম-মীহৌ মপান-নাইদে খম্বা লৈতে, লোইবা নাইদে
খিংবা ওমদে থাম্বা য়াদে, সমাজ ধর্ম্ম কৈস্নু লৈতে।

ঐতনা হেল্লিমথৈদি অপাম মিহৌ ঐংগীনি
মহুতনা য়াইফবনি নঙগী ঐগী শান্তিনি।

অক্টোবর ১৯৮৩ ইং

## ৪৭

# কদায়

মরক মরক্কা হেক হেক নীংশীংলকথি
অথুৈঙগী ৱাদো—কাউঙমদ্রবা ৱা।
পুর্ণিমাগী অহিংদা নঙনা হায়থি—
লকক লকক মচেৎ মচেৎ অরোইবা ৱা

হায়সি হায়ঙমদ' হায়খিবা ৱা নঙগী
মিংলুগী পিরাংনা শমথখিবা ৱা
"অরোইবনিকো ঐগীদি" নঙনা হায়থি
পুনসিসিমা কাউঙম্নরোইদৌবা ৱা।

কদাইদনো ঐনা লৈগদবা
খাঙবদা ৱারবা নঙগী চৈনা থাঙনা
কদোমদনো ঐনা চৎকদবা
কাউঙমদনা লূম্নবা পোৎলূম পুনা !

পীনহৈবা কদায় অঙ্গংবা অদো
চানবী হৈবা কদায় অকাউবা অদো।

খোৱাল
জানুয়ারী ১৯৮৪ ইং

৪৮

# ব্রহ্মচারী

ঐদি ব্রহ্মচারীনি মুপী থিজ্রিবা
ঐগী রাশক—"পুনসিচুপ্পা ব্রহ্মচারী"
ঐগী তপস্যা—"মরোল অহুম জয় তৌবা।
ঐনা পামজবা—"লেঙদবা ব্রতচারী।"

ব্রহ্মচারীনি ঐ অপাম্বা লৈত্রবা
ঐনি মিহৌবা পোক্তুবা ব্রতচারী
ঐবু শোক্কনু—ঐবু থেঙ্গনু নঙনা
নঙগী মিৎচি—পাখণ্ড মোংফম 'ঙোন্দা কি

চেৎলবা রাশক্নী ; লেঙদ্রবা ব্রতনি ;
ঊর্ব্বসি মেনকা রম্ভা ঘৃতাচি
নখোয় ঐবু করি তৌবা ঙমগনি ?
ও ! ওস্থোকপা—কোমগোম্লবা ফিজোম্নি।

হে বিশ্বামিত্র ! মুনি থোইথোইরবা
করি ওইরে ঙসি মেনকা মাঙদা ?

থোবাল
ফে: ১৯৮৪ ই.

## ৪৯

# শিদ হিদাক

ইমাগী ইবুঙো ইমাগী ইবুঙো হায়না
য়াংদৌ তিন্থ্রোক চোংগুম তোর্ব্বান থক্তা এন্ন-থোইনা
ব্রাম্থ-ব্রাম্থ কপ্পা কপ্পা কৌজে মচাবু মানা
ঙৌর-কাইথুমফিনা কূপ্প-শন্দুক চিংনা য়েংনা।

কপ্পা-চোংনা য়েংনা য়েংনা ওইখ্রে মিংনা কুপ্পদা
অরাবা মৈতাল—উৎ মপৈ মচাগী চাওশাংল' হকচাং
মাঙখ্রেদো লৈত্রেদো উররোইদো অমুক হন্না
হায়নথি—হিংথিব্রনে মাবু মচাই-মৈচাক খাঙনা।

ঙসি অমুক তাররে চহি অমগী তুংদা
মাগী মিকপ খোঞ্জেল "ইমাইবুঙো ইমাইবুঙো"
ব্রাম্থদ্রে চোংদ্রে য়াংদৌ তিন্থ্রোক চোংগুম্না
চুম্না কপ্পতনি নীংশিংলুহুনা নৌহৌনা।

ঈশ্বরনা পীবা অকাউবা হিংননবা শিদ হিদাক
মাগী শরুক চিপ্পদে থৌজাল হৈবা মহাক্না।

# তিনখ্রে মাঙনাইদ্রবলক্তা

শিগনি হায়বগী কিবা লৈত্রবা
কিহুনা চেল্লুরবা নাইতোম তারবা
মাঙদা হুম্না লেপ্পরবা য়েক্লবা
য়াবরা মাবু থোওই উশিত্তবা ?
মানি য়েক্লবনা লাঙ্গোই চনথ্রবা
লৈত্রবনি চেনফম লিংফম নাম্থোকফম
শিব-হিংবা পোস্থানি মথুবাক্তা
থোক্তবরনে মাবু থোইনা কিফম ।

ঙসিদি লানশীংনরী লানফম য়ায়দা
যম-মক্তা অশিবগী থৌরী পায়রিবা
তেমশিঙলি —জয় তৌরগে অশিববু—
অওইবনি য়েংউ—থৌনা ফম্রবা অসিনা
ইরায় লায়না ককথ্রে অশিবগী থৌরী
মায়থিবা পীহুনা যম তিনখ্রে মাঙনাইদবলক্তা ।

থৌবাল
জুন ১৯৮৪ ইং

৫১

# লৈপাকলৈ

বানা খাঙজবী কালেনগী লৈপাকলৈ
ওলাঙ থাগী শারবা মৈশা-লক্তা
কংলবা লৈতঙগায় থোঙনেৎননা
লৈকা ফম্না মোমোন নোকচবী
অথাঙ কনবী পূকতম্বী।

বানা খাঙজবী কালেনগী লৈপাকলৈ
মীনা থৌওইবিদনা অবা অনা মৈশালক্তা
নথক্তনা লেপচবী মীনোক মীশা কিদনা
অবা-অনা কালেন-মৈশা মোমোন নোক্না খাঙঙম্বী
তনৌবী ন

তশেংবী মৈতৈ চন্নু—লৈরমগবা লমদম কৈদা?
অবা অনা খাঙজবী কালেনগী লৈপাকলৈ
অখাঙকনবী অবা-অনা মোমোন্নবী লৈরমগনি কদায়দা
নঙগুম্বী চন্নুরা—মৈত্রবাক্কী লৈপাকলৈ।

ইম্ফাল
জুন ১৯৬৫ ইং

# নোংলক্তা খেবুচী

তারি নোংনা অতৎপা লৈতনা
খেবু চীংগী শুক্লবা চীংদোন্দা
অমম্বা লৈচিলনা কুপখরে উরৈবাক্
কুংলবা নোংজু নোংনা
অহাঙ্ লৈতনা কুপখরে মালেম
অচোৎপা ফিজোল্লা লৈতেংবী চীংলৈবাক
কপ্লক্লে হীকহৈরবা খোম্থাংনা
তাজরী ঐনা ৱাংলবা লায়াং থক্তা॥

নামিবা লেপখরে চ্ছীনখরে লৈচিল
কদাইদা লৈখ্রে 'ৱাংবা খেবু চীং ;
মতমগী মিংচৎ নুংগী খোঙ্গুল
কদাইদা লৈখরে কদাইদা লৈখরে ?
ওইখরে নাওখেম ৱারী কুপখরে অমম্বা লৈচিলনা
তারি নোং-তক্তনা খেবুচীংগী ৱাংলবা চীংদোন্দা।

তমোংলো
ফোংপ্রবা—অনিথোক্লবদা
জুলাই ১৯৬৬

৫৩

# ঙাইবা তা-রি মীখুৎ লাকপা

পাক্লবা ঈয়ায়দা লেপলি,
ঙকশম ফাওবা ঈন্নুংদা লুপলি,
লাউরি—"ঈশিং খুজোক 'মতা থকচগে।"
ফংবা লৈতে, ঈরিক 'মতা থকপা ফংদে।

লৈ-শুনা থল্লবা লৈকোন্দা লেপলি
শাৎকায়রবা লৈরাং গুলাপ খুৎনা পায়রি,
হায়জরি—"লৈ'সিমত্তা হেকচগে!"
খুৎশা লেঙ-ঙমদে—লৈ'মত্তা হেকঙমদে॥

উহৈনা থল্লবা হৈকোন্দা লৈরি
মুম্ন-ঙাঙল' হৈনৌ খুৎনা পায়রি
লাউজরি "হৈ'মত্তা হেকচগে।"
পাম্ন-য়েংন-লৈ, হৈ'মত্তা হেকঙমদে।

অৱাৎপা লৈত্রবা তাইবংদা লাউবতনি হৈরিবা
য়াওত্রবদা খুৎনা—ঙাইবা তারি মীখুৎ-লাকপা।

কারোং
সেপ্টেম্বর ১৯৭৭ ইং

ফোঙত্রবা—"অনিথোক্লবদা"

# ৫৪

# কোন্নুংনি।

কোন্নুংনি ৱাং চাউরবা ফজরবা দলাম্না থল্লবা,
হৈকোন লৈকোম্নি—মুংশি ফজর' হৈ লৈনা থল্লব';
পাক্ল' চুম্ল' লম্বীনি—নাকন্দা উগী পরেং
লম্বীগী নাকন্দা উরক্তা থাল্লি থাউমৈ পরেং!

অতুৰৈ চংখি লম্বীসিদা মুনি ঋষি কয়া
কোন্নুং তম্না নিংথেমগী শোন্দুনা মন্ত্র কয়া
নিংথৌঙম্বা অঙম্বা দলাই ফৈনা তোংতুনা
অকল অথৌ কয়ানি শগোল থুরুপ থৌতুনা।

ঙসিসু চংলি লম্বী'সিদা মীওং কয়া মখল কয়া
কোন্নুং তম্না প্রজাগী লাউতুনা থোল্লাউ কয়া
ঙসিসু চংলি অঙম্বা কয়া দলাই তোংনা
চংলি ৱাত্তনা অকল অথৌ শগোল তোংনা;

অতুবু ঙসিদি মথোয়পুম্বা মীগী কোক্তি পান্দরে
হামেং মকোক শগোল মমায় গধা মকোক কৈ মমায় ওইখরে।

কারোং

ফোংপ্রবা—অনিথোক্লবদা

ফে: ১২৭৮ ইং

৫৫

# মৈরা পরেং

মৈরা পরেংনি মৈরা পরেং পরেং
লেংলকলি তনিক তনিক ফেৎ ফেৎ হাইনা,
কোয়রকলেদো মং ফুরা লাংথবানগী
নোমনোম নোমনোম পাংলকলে স্না কোম্নুং।
পায়রি মৈরা মৈতৈ নহা কয়ানা
লাউরি---ঐথোয় লৈবাক্কীনি, লৈবাক্কীনি
মৈতৈ থুনাই মুংহল্লোই থুন্তাক লানসি
থোকহল্লোই---লাউরি ঐথোয় লৈবাক্কীনি ॥

য়েংলি ছোরোক কাগুপথন য়াঙবী থন
থম্মোই তনিক তনিক মিৎস্না ঈরা থন
য়েংজরি মৈত্রবাক মচা কয়ানা
কনানো নঙতদি নোকলি মোমোম্না
লোইরবরা মীথা পোনবা যুগ কয়া
উরবরা লৈরি নীংতম হম্নাইদ্র' থৌনা ॥

ইন্দ্রাল

কে ১৯৮০ ইং

# "চীংখোঙদা বারুণী"

চীংখোঙদা বারুণী তোব্ব'ন্দা চীংগোইগী
শুক্ল' মম্ল উম্নুং থ্যাসিগী অহিংনি
মোংশোংলক্কা খাংপোক্নী নাইতোম তারবা
মুৎলি' মৈরা য়েংনা নাইতোম নাইতোম লাকপা

শোং-পেক লাউদনা তুমিন তুমিন চঙনখি
মৈরা পায় বাশক্লৈ—ঈ সিন্দুর নম্মখি
নাইতোম নাইতোম চৎখি লম্বীদা লম-ফাংলবা
কনানো করিনো ঙমখি কনা' হায়বা।

চেনখি খুরুপথা মুপা অমা অয়ুক্কা
বাখ-থোং তেকখরে চীংগোইদি মৈহৌরে
খুৎলাই-খুৎলাই থেংন লাম্বাখি মায়-ওন্দা
কল্ল' মুংশিৎলক্কা খাংপোক মৈরা মুৎখরে।

খুৎলাইনা শোক্লবা পাখঙদো য়েংহনা
খাংপোক্লুং' হন্নুবী কপখিদো ও-খোংনা।

ইম্ফাল
ফেব্রুয়ারী ১৯৮০ ইং

# অঙ্গো চীংগী নমলোন্দা।

থাপ্লবা লমদমনি কবো নিংথি তোব্ব'াম্নি
শুক্লবা উমংনি মীচিক-মীরাওখোল তা-দ্রবা
মথস্তা লেপলি য়েংলি তুমিন্ন—পিরাং থম্না
মাঙদা চাকলি উনাগী থাংপোক তাঙ্গোই তানা।
মপাং কায়নর' মানি অঙ্গো চীংগী নমলোন্দনি
মথন্তনি য়েক্লবৈ' খুত্তগী হিংহৌরিবা
ইরৈবাক্কীদমকনি---লাকথিবনি মখোয় পূম্না
থল্লুবদা নীংঙমদে ৱামৈ চাকলে লকা খোম্না ॥

অতুঙৈ তাম্থোকখি মৈত্রবাক্কী য়েক্লবা
পাখৌ গম্ভীর নরনা নিংথি তুরেল ৱাংম লাম্না—
অঙ্গো চীংনা লোইথমনি কবো তম্পাক মৈত্রবাকনি
য়েন্দাবোদা শিন্নখি লোইপোৎ কানা ঙাকখি অৱা'
মৈত্রবাক্তি মাঙখরে লোইপোৎ কোকখি ভারতনা
ঙসি—নখোয় শরুনা লোইথম ঙাকপা হৌবনি।

ইম্ফাল
এপ্রিল ১৯৮০ ইং

# জগোইদা ডাওরি

জগোইদা ডাওরি, চেপথ-চেপথ য়েংলি— কনানো
শিব-তাণ্ডব জগোইনি---মালেমসি হাইরি থক-খা
ডমরু খোঙ্গেল পৃথ্বী থক থক নিকলি করিনো
প্রলয়গী জগোইনে ডাওরে মালেম হাইরে থক-খা।

পোইরৈ লমদি কমদোৌথি পাখঙবা ফম্বাল কাউৈদা
সনামহী সনাহল মালেম লেপত্রে হাইথিদো
কিবন-নিক্ল' পাখংবা গুরু মানা মকনথি
গুরু মাগী ময়াথং সনাহল পুক্লীং ফাথখি ।

জগোইদা ডাওরে তুমিন লৈথ্রে মালেম মপু
খাম্বিনবা লৈত্রবা লাই পাখং-লৈশা কয়ানা
য়া য়া বা বা নোক্লী খেরী খাম্বীন' লৈতনা
কনানা কপ্লি, শোল্লি---কদাইদা লৈথ্রে মালেম মপু

প্রলয়গী জগোইদা শিব-তাণ্ডব খোঙথাংনা
দরং দরং থীল্লি লেপত্রে হাইরি মালেমনা।

ইম্ফাল
এপ্রিল ১৯৮০ ইং

৫৯

# ঙসি ঐগী মুমিংনি

ঙসি ঐগী মুমিংনি
হৌজিক ঐগী তাঙ্গানি
চৎখ্রো নখোয় অপূম্বা
তিনখ্রো মম্ল' মতম্‌দা লোইনাইদ্রবা

হায়খিবা রা হোংদবা
ইজ্জৎকীমক থবাই-থাবা
নখোয়গীনি নহানগীনি
লৈইরী কাল চক্র শুইরক্লি ঙসি ঐগী

মীনম্বা ঙাঙবা হায়খিবা রা ঙাক্লবা
খুদোংচাবা ফংনবা মপা মমা হাৎওম্বা
খুদোংচাবৈদমক্কা ইজ্জৎপূম্বা থাদোকওম্বা

খুদোংচাবা থিবনা ঐগী ধর্ম্ম ঐগী সত্যানি
কালগী চক্র লৈইরি ঙসি ঐগী মুমিংনি।

সাহিত্য পরিষদ মীফম ১৯৮১
কবি সম্মিলনীদা পাখিবা

ইম্ফাল
জান্য়ারী ১৯৮১ ইং

৬৫

# মচা অমা মাঙখরে।

হো কনানো শিরিসে—য়ুম্লাম লৈকাই মেরানি।
কৈদৌদনা শিবনো কয়া কুইনা নারম্মী!
না-ছুনা শিবা নত্তেদা নোংমৈনা কাপ্লম্বনি।
মাগী করি মরালনো মাবু মখোয়' য়াওবরা
নহালরাইদি য়াওরম্মী হৌজিক্তি তোক্লে হায়বরা
মাবু জোরো ওইবরা সি আই ডি নি হায়বরা?
মখোয় মুঙাইনদ' লৈবরা মাম্নৈ হায়না কাপ্পরা?

হায়রিমখৈ পক্লেদো অশিবনা মাঙজরে
রারী শা-ফাও কিনরে হংজরুফাও ঙম্লদ্রে
অহায় অহায় চুমলেদো অচুম্বদতি খঙদরে
নোংমৈ পায়বা মীহাৎপা মাম্থু কনানো খঙনদে
মাবু ফা'থু ঙমদরি কনানা মাবু থিরুদে
মমাতদি কপচরি মচা অমা মাঙখরে।

সাহিত্য পরিষদ মীফম ১৯৮১ দা পাথোকখিবা

ইম্ফাল
ফে: ১৯৮১ ই:

৬১

# নঙ অমসু লৈরি

হৌরো হৌরো য়াহৌরো থেঙখরে
তুমহৎনা লৈরনু থেঙলে থেঙমল্লে
নমান্নবা 'পুম্বা লোইনা হৌখরে
কে-না মৌনা চংখরে শামায় হাপ্পা

থুংখরে মালেম মরোল তরামর্রি
য়ৌখরে মঙালগী মপৈ মখোয়দি
লৈরি হৌজিক ফমচিং চংনা নঙতদি
হৌগংলো লেপথংলো, চংলো থুনা য়াঙনা

থাংলো খোঙকাপ লাওনা চংলো কান কাননা
হেনগংলু মখোয়বু চংশ্রবা হাম্না
নমায় উচ্চ' ওম্নবা নঙসু লৈরি
লাউরুচো মালেম মিটিন্দা নঙনি

খ্বাইনা হুন্দোকপীরবী কাওথরবী
মখোয়তা নত্তে নঙ অমসু লৈরি।

ইম্ফাল
মার্চ ১৯৮১ ইং

৬২

# অকিবা মঙনি

মঙলাননি মঙনি, অকিবা মঙনি
বাংলবা চীংদোন্দগী ওস্থরকলি
তার'নি শোয়দনা, মল্ল' লোক্লুংদা ;
নমথি-হঙাই তিংখং তুম্বৌ' থল্লবা।
চীংদোন্দা শান্নরম্মী নীংতম্না
লাউরম্মী—ঐখোয়তনি ইখৌ-পোঙনা
হরাউ মখে লাংলিঙৈ, চীংদোন্দুদা
খঙহৌদ্রে, নীংখায়রকলে লৈরি'পুম্বা ॥

য়ুহারারে, অখাক-অরাও তারকলে
মীরোল কয়া নোংলৈ মুংশিংনা হুম্লকলে,
চীং-নাপোম থম্না লেপ য়েংলি মোমোন নোক্না
মখোয় পুম্বা নোক্লী খুবাক খুনা খুনা ;
য়ৈন-শুন' ওস্থরকলি মৈতৈ কয়া
মকোক য়ুংনা লোক্লুং তম্না মখোয় কয়া॥

সাহিত্য পরিষদ মীফম ১৯৮১ দা
পাথোকখিবা

ইম্ফাল
মার্চ ১৯৮১ ইং

৬৩

# কানা কানি ঙাঙনখি

নোংমা ম্লেংলম্মী আকাশ স্নুন্দায় তম্না
হায়নৈ থোক্লে দেবী খুৎলাই তরা পায়না,
খুদোম্বী থিন্নে – "য়েংউ য়েংউ আদা—"
ঙক্ল শকফমনি অথাপ্পা নোংলক্তা।

মশেক মঙান থন খুৎলাই তন্না পায়বী
কম্নো করি থোক্লগবা হায়নখি
হংনখি পণ্ডিত পুরাণ পায়বশিংদা
মান্নদে মখোয় পুম্বা পাউথুম 'মতা।

কনাস্লু খঙনদে করি পুয়ানো
শেংনস্লু খঙদে কনানা হায়বনো
তানৈ পাউথাঙ কৈথেল মুপী চিন্দগী
কুইদে নোংমা নিনিতা হায়নবনি।

চহি হৌবদা নিংথৌ অমা কাপ্লুনা হাৎখি
পুয়াদা য়াওবা চুমলেদো কানা-কানি ঙাঙনখি।

ইম্ফাল
মে ১৯৮১ ইং

৬৪

# ঈগী ঈচেল লেপ্তরী

নখোয়গী থোনা থাগত্তবা ঙমদে
নখোয়গী থৌরাং কনা খঙবা ঙমদে ;
তারুই মায়পাক্লকপা খুদীং নখোয়না
হরাউবা মিহুন চোংই লকা ছীন্না
তাক্লবদা মায়থীবা পাউ নখোয়গী
থাথিবনা মিহুন চেনগুম চেনগানৈ ।
নৈহৎপিরবা কনাগী থম্মোইদা
কনা লৈরি নখোয়বু শোন্নদবা ।

লাংনা কোয়শিল্লবা লাঙ্গোয় চল্লবা
থাগত্ত' ঙম্বরা নখোয়গী থৌরাং ।
থাগত্তনা লৈঙমদে নখোয়গী থৌনা
ঈগী ঈচেল লেপ্তরী মতম চুপ্পা
শিংলি খুদীং চেল্লি, লেপ্পা লৈতনা
চামথোকপা ঙমলোই মালেমগী লাইজনা

ইম্ফাল
সেপ্টেম্বর ১৯৮১ ইং

কোঙথ্রবা—"অনিথোক্লবদা"

৬৫

# থিরি হূমলি

শিক্লুবদগী হল্লক্লে যমগী খায়াস্তে নাম্থোক্লে
যমগী ভুত কয়া কয়া চংলি মায়কৈ চাইনা চাইনা।
খুংলাই লেংথোং নাতুনা য়োংহুলীং ফলাং খুত্তা পায়
থিরি হূমলি মফম খুদীং কদায়দনো নাম্থোকথরবা।

থোজাললৈবী মহাক্না ঐথোয়বু অমুক কনবীরে
মহাকথক্কীদমকনি থরায় খুবাক্তা হাপ্তুনা
য়েক্লবা লাম্বা তৌরিবা—"রাশক্লী নীংহন্নজরোই
ফাহল্লোই হিংনা হিংনা, লৈজদে শিব কিবা।"

নোংপোক ভারত লৈকোন্দা নায়তোম ঙানবা মণিনি
মচাশিংগী থাওমৈনি থরায় খুবাক্তা হাপলিবা
য়েক্লবা তুম্না মাঙহনখি নিংথি তুরেল রাংমা ফাও
নঙগী লীচীং তুংইন্না তানখায়নিদো য়েক্লবা

যমগী ভুত কয়া কয়া চংলি মায়কৈ চাইনা চাইনা
থিরি হূমলি মফম কৈদা কদায়দনো নাম্থোকথরবা।

ইম্ফাল
নবেম্বর ১৯৮১ ই'

# য়েংউ লমদমসিগী ফজবা

য়েংউ লমদমসিগী ফজবা শক্তম
চাখো লৈবাকসিগী হাউর হাউরবা
শেংখো মায়কৈ শোমগী ফজবা ফিরোন
চিনখো লৈকোনসিগী লৈরাং ফজবা।

মালেমগী স্বর্গনি স্বর্গগী নন্দন কানননি
অরাং-অপা লৈতবা লাইরৈবাক্কী কামধুহা
কাউঙমদবা মহাওনি মাঙনাইদ্রবা লৈনমনি
কল্পবৃক্ষ মহাক্কী অনীংবদু থু'হনবা।

ঈংল' তপ্লবা নোংলৈ-নুংশিৎ থাংদ' ঈপাকনি
উ-রা লৈ-শু মনামশীং মরাঙ কায়র' লমদমনি
মহুদা লৈরক্কী ধর্ম্ম চেল্ল' তপ্ল' জাতি
অদুবু খঙবীয়ু ঈয়ায়দা লোৎলি মৈগী চীং

নন্দন-কানন লৈরক্তা লোৎলি মহু পাল্ল' খোইমু
পুকচেল তপ্লাশিংগীলক্তা মাঙদ্রি নীংতম মৈরা।।

এ আই আর ২৫-১২-৮১ দা
পাখিবা।

ডিসেম্বর ১৯৮১ ইং

# হায়বীয়ু কয়া কুইনা হিংখি।

হায়বীয়ু অতনবা জাতি কয়া কুইনা হিংখি মালেমদা
অকে অমৌ থল্লবা তম্বরক্লবা মিসর লৈবাক
মুঙাইবতা পাম্লবা নোম্লীংদ্রবা বেবীলোন
মরাঙ কায়রবা তল্লবা চাউথোক্লবা রোমান লৈবাক

কদাই চৎখি কদাই লৈখি কয়া কুইনা হিংখি
তম্বরক্লবা ব্যজন্টাইন মৌর্য্য মোগোল মাঞ্চু
নোম্লীংদ্রবা ক্ষমের—নল্লা ইতিহাস ওইখি।
নোম্বা কনবা মপাল ফরম্বা তম্রিবা মৈতৈ

কিবনা নিক্লখি তখেল তেখাও কবো ঙব্রা
চীংবুরোই-তম্বুরোই ছানখি য়োখি মিংচৎ থাগী খাত্রন
মুঙাইবনা তম্বরক্লবা নোম্লীংদ্রবা ঙসিগী মৈতৈ
হরাউ-তয়াম্লা হা-রবা অতনবনা খুতুম চল্লবা

হী-য়াই পুম্বা মুনবীগ্রবা উকংগা মাম্লনা থম্লম্লবা
হিংখিনি কয়া কুইনা হিংখিনি কয়া কুইনা।

তাং ২৩-৪-৮২ জান্যুয়ারী ১৯৮২ ইং

এ আই আর ইম্ফাল লীটরেরী প্রোগ্রামদা পাখিবা

৬৮

# কৈদোঙৈ কূম্লকনি

খুৎলাই পায়দ' মীদা লূমদ্তুনা খুৎলাই' থাবা ওম্বা.
মমান্ন' খুৎলাই পায়বা উরগা কিত্নুনা লোৎপা
লোম্না নাথৈত্নুনা চেনবা মশক উৎপা ওমজদবা
অশোনবদা হিংচাবা অকনবদা তীল ওইবা
পাঙদ্রবা কয়া কোয়চৎ চৎলি লোম্না মশক লোত্তুনা ।
হুরান লাম্না তৌরিবা মায়রোং য়াবা ওমদনা
লুম্ফু হৈবা পাঙদবা থা-জরি প্রজা কনানা
খুৎনেক খুৎসি তোল্লবা শোম্নবরা অকন' হায়না ।।

কদাইদা লৈগ্রে ইজ্জৎ কৈদা লৈগ্রে মুপা থোকপা
কৈদা লৈগ্রে সনাতন ধর্ম্ম কৈদা লৈগ্রে জিবন্থু মুংশিবা
মতমগী চক্র' লৈইবদা য়োৌরক্লবরা শাগী রাজ্য
হৃজিল্লক্লবরা মীওইবা শাগী লৈবাক্তা ?
মাঙথরক্লবা ধর্ম্ম কনবীনবা অথোইবা ঈশ্বর
কৈদোঙৈ কূম্লকনি, মালেমদা ধর্ম্ম ওাক্লবা ?

জুলাই ১৯৮২ ইং

৬৯

# "অশিবগী ৱা-ফংনবা"

অশিবগা ৱা-ফংনবা অচুম অয়ান লেপ্নবা,
অহিংবা তাইবঙসিদা অমুক্ত-ফাও তা-খিদ্রি
হিংলিবশিংনা হায়জিল্লি অহিংবতনা মহায়নৈ
মাগী ময়াল অদুনি—অদুগীদমক্তা হাৎপনি
হাৎলিবা মীনস্থু হায়দে তাক্লক্তে মীনস্থু শিরবা
উহৌবনস্থু মহায়দে অতা-বতনা হায়বনি
অতা-বতনা লেপ্পী অতা-বতনা হায়নৈ
মথং মথং হায়নবনি মথং মথং শন্দোকপনি।

ঙসিদি ওইদবদো ওইরে অশিবস্থু বা ঙাঙলে—
তা-রো অচুম খঙনবা খুল্লবদি থম্মোই শেংনা।
অমুক ফাও খুল্লক্ত্রি অশি-লৈবাক্তে লাক্লুনা
"ঙসিদি তারো অহিংবশা পীগনু ময়াল অশিবদা
খুম্লক্লরোই খন্দুনা; শিবৈই কিবা লৈহন্দনা
হংউ অউবদা-মীহাৎপদা খুম্মু হায়না থম্মোইশেংনা॥

জুলাই ১৯৮২ ইং

৭০

# শারৈবাক্

ঐসে মীনি মীওইবনি—উচেক নত্তে শজি নত্তে,
মী, মীওইবা তাইবং মী—নত্তে শাদাম্ন'শা নত্তে
মীনি, তাইবং মীনি, নখোইগুম্না মখোঙ্ অনি পানবা
করিগী কাপলি নোংমৈ, লুমদুনা লোম্না লোম্না ;
নথৌনা লৈরগা থোরকউ মাঙ্দা লেপ্লোরাও
পায়নসি মতীক চাবা খুৎলাই চপ মান্নবা
য়েংনসি ক্ষেত্রী মচাগী থৌদাং নিয়ম চুম্না
করিগী ওইরি পাঙ্দবা কা-পুরুষ লোম্থুপ্নবা।

চাবা য়াবস্থু নত্তবা চানদবা শা ফাওবা
কাপ্নদে হাৎনদে শাদানবনা লুমদুনা লোম্না লোম্না
খুদোংচাবা পীদনা মশাবু কঞ্জনবা
কাপ্নদে চানবা শা ফাওবা শাদানবা মীনা
শাগী শাজৎ চৎলবা শা ওইরবা মীওইবা
লৈপ্রে। মীওইবা সমাজ য়াংমদা শারৈবাক্তা।

জুলাই ১৯৮২ ইং

৭১

# মহাম্‌তা তারি ইমা লৈবাক্কীদি

তা-রে তা-রে ঐস্থ তা-রে
মানা হায়রে নঙ্‌স্থ খঙ্‌লে,
হন্দক্কি হায়নরে ফংলনি শোয়দনা
শোয়দ্রবনি শোয়দ্রবা হায়রবনি মহাক্না।

মীরান্‌-চানা লাকচররোই
শুফম্‌ নোমফম থক্‌ ব্রাৎলরোই
আশা কয়ানি অবা অনা কোক্লনি
চাথুং-ফিথুং ব্রাৎলরোই য়ুমলৈ কৈরৈ ফরনি।

নোংদম্বনা তমলে শুন্নবা ঙাক্তা
লৈবা ঙমদ্রে তঙ্‌-তানা থম্মোই ঈংনা।
মাচ খুদীং চাক্তাংবা মহামারী
কনাগীদমকনো হাৎনরী থিম্নরী মুন্নরী।

হায়নরি মখোয়পুম্বা লৈবাক্কীনি
মহাম্‌তা তারি ইমা লৈবাক্কীদি ॥

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৮২ ইং

৭২

## "অশোক বন্দা সীতা"

অশোক বন্দা রাজরবী সীতা
জনকী থাদোয় শকহেনবী জানকী
শক্কদা উস্তনা কূপ্লবী মৈথিলী
হিংজরি নওগী আশানা
থম্মোইস্নু রাংলি উথিনি মাবুতা
কায়ন-মৈশা লাংলবী
য়েক্ল-লাঙ্গোয় চল্লবী
কয়া রাংলি নহাক্কী দথা।

নিকষা মচাগী থাওঙমদরে রঘু নিন্দা
থম্মোই কায়রে জানকী রাজরবী
থোকপ্রদরা থরায় হকচাং পোলাং থা-না
আশানা হিংজরি রঘু কোলোয় থম্মোইদা
সতীগী গুনা হেনওমদরে মন্দোদোরী পতি
উং ওইরনি সনা লঙ্কা থা-ম্লবা মণিনা।

ইন্দ্রাল
সেপ্টেম্বর ১৯৬৫ ইং

৭৩

# খোয়রাংজবা

বসন্তগী লৈরাং পোমশাংনরি লৈহীনা থন
শরদকী হৈরাং হৈজীং ফা-রে খোম্মীং কা-না
কদাইদা লৈগ্রে থম্মোই খোইমু লৈপাম্বা
কদাইদা লৈগ্রে থবায়গী থরায় মুংশিবা ?
পীজনীংবনা ঙাইঙমদা, কচ্চনীংবনা থম্মোই থন
চিংন-বাখল-পস্থেংনা, লাইবকচাওবী ঙাইজরি থম্মোই কানা
লাক্লরোইদ্রা শকহেনবা মুজা থম্মোই মীওংপা
লম-দনথ্রবগে কদাইদা ঙাইঙমদ্রেকো ঐহাক্তী হে মুংশিথোইবা

ঐগী করি ইরালনো মাগী করম মগুমো
ঐগীদা লৈতবা করম্বা শকহেনববু শুম্বাংওম্বা
লাইবকচাওবীবু কাউহনওম্বা মাগীদা করি লৈবনো ?
ব্রজগী লৈতঙ্গায় বন-জঙ্গল তিংথং-তুম্বো কিহন্দবা
থম্মোইগী থম্মোই ফাখিবা মাগী করি শক্তিনো
বিধি নহাক্কী নোংদম্লা রাংপনরা ঐনা নীংজবা ?

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৭৩ ইং

৭৪

# কৈদোঙৈ খোঙদানি

মীরক্তগী মীথোই-মীহেনবা হে পুরুষোত্তম
কদাইদা লৈখ্রে নহাক্কী লাইরৈবাক্কী দেবকন্যা
ৱাশকখিবদাই নহাক্না ওইহনগনি মালেমসে স্বর্গধাম
যুগ যুগ খুদীং শাইগুনবা ওল্লবরা মালেম লৈমা

অদুগৈ ত্রেতা যুগতা দুর্ব্বাদল শ্যাম ওইবা
রাম ভগবান শাইগুন্দা মালেমগী মিৎয়েং খাঙমদা
লৈনুংদা চঙখি দেবকন্যা সতি সীতা
হোংবা লৈতে হোংবা লৈতে লৈখি মালেম ওইদুনতা

হে পুরুষোত্তম ! মীরক্তগী মীথোই-মীহেনবা
কৈদোঙৈ খোঙদানি লাইরৈবাক্কী দেবকন্যা
বসন্ত লাকলে য়েন্নীং হুল্লে ফুগায়না শাৎলে
লৈনম্মা হা-রে মালেমসে ওইরে স্বর্গধাম

কদাইদনো ফীশেং শেংপী থম্মোই য়াওনা শেংলবী
খ্বাইনা শোন্নরিবী লাইরৈবাক্কী দেবকন্যা।

ইম্ফাল
জানুয়ারী ১৯৭৫ ইং

# ইনগুম্নরোইদ্রা

থেঙলে থেঙলে হৌগৎলে! মোইবুং সিঙ্গা খোংলক্লে,
সংকীর্ত্তনগী খোঞ্জেলনা মাগৈপূম্বা নিল্লকলে,
ঢোলক্লা দ্রং দ্রং, দফটনা দফ দফ, পুংনা তাং তাং
ঝালনা জম জম, মাঙ্গংনা থ্বায় থ্বায়, কোর্ত্তালনা ক্রাং ক্রাং
নিল্লে মাগুব শৈহেক শৈবাং মোইবুং খোঞ্জেলনা
অমত্তা ওইনা থল্লে আকাশ হরি ধ্বনিনা
কদায় ঐগী খ্বাংজেৎ কদায় ঐগী নমথাংনা
থেঙখরে নংহৌররোই লৈ কৎপা ঐনা।

ওস্থোকপনি তামখরে নৌরবা নোপুর খোঞ্জেল
লাঙতক্লবী রাধিকা রাস্থখরে কুঞ্জদা
রাস মণ্ডল মাগুবতা ওস্থোইরে ভক্ত হিক্লা হিক্লা
ভক্তি পিরাং ঈহৌনা তুংইন্দুনা বাশি খোঞ্জেল
তাম্না তাম্না ইল্লি থম্মোই খোঙথাংবা থোক্লক্ক্রবদা,
হিক্লা কপ্লি থল্লুবদা ইনগুম্নরোইদ্রা থম্মোই ফাওনা।

কারোক
এপ্রিল ১৯৭৬ ইং

৭৬

# নৈমায়দা ওল্লে গৌর রাইসে

বসন্ত ঋতুনা লাকপদা অনৌবা য়েন্নীংনা হুল্লে
সুরধনী গঙ্গা মপান অনৌবা শক্লোন লৌরে
গৌর প্রভু উরুবদা সুরোধনী মোমোন নোক্লে,
সংকীর্ত্তন খোঞ্জেল তারবদা গঙ্গা ঈথক হৌরক্লে
ভক্তশিংনা ইকোয় কোয় গৌরনিত্যাই জগোই শারি
কলিযুগকী জীব লানবীগে হায়না গৌরদি
হরিগী নীংথির' কোল্লোয় মিংলেন শক্লী শোল্লি
"হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ" হরি মিংলেন শোল্লি শক্লী।

কৃষ্ণ নাম্না অথোইবা লম্নি কলি যুগতা
হরি কোলোয় নত্তনা গতি লৈতে তাইবঙদা
ব্রজ ভাবপু ওইরক্লে গৌরচন্দ্র প্রভুদি
গদাধর উরুবদা নীংশিংলক্লে রাধারাণী
সুরধনী' যমুনা ভক্তনা ওইরে সখি
ভাবনা ঙাশ্নরে নৈমায়দা ওল্লে গৌর রাইসে।

ইন্দ্রাল
আগষ্ট ১৯৭৯ ইং

৭৯

# হৈনা নতুং ইঙ্গে

হৈনা নতুং ইঙ্গে ফিজি পায়না নহাক্কী
শেংদোক্লবা হকচাংনি চামথোক্লবা থবায়নি
যোগপিঠ য়োঁজগে চরণ সেবা ফংজগে
থম্মোইগা লোয়ন পিরাংনা খুয়া থম্বাল্ শেংজগে

পাপ চেল্লবা হকচাংনি লমন্নাওলবা থবায়নি
পওথরবা বাখলনি চমন্নর' থম্মোইনি,
শুক্ল' মন্ন লম্বীনি তিংখং তুম্বো থনবনি
লমজীং লম্বী তাকপীবা মৈরাপায়বা নহাক্কী

অরোইবা পুনসি খোঙচৎনা কুঞ্জরাজ য়োঁজবা
রাধা কৃষ্ণ অনিগী যুগোল রূপ নীংথিবা
অরোইবা মিৎয়েংনা উজবা হরি কোলোয় মুংশিবা
অরোইবা নাকোংনা তাজবা যুগোল মূর্ত্তি নিংথিবা

অরোইবা থম্মোই লাৎচবা ফংনি থোজালনা নঙগী
হৈনা নতুং ইঙ্গে ফিজি পায়না নহাক্কী ।

ইন্দ্রাল

এপ্রিল ১৯৮১ ইং

৮০

# নীংবা কায়বা

নোঙাল্লকপদা নীংশীং হৌদ্রে নঙবু
শোঞ্জহৌদে নঙগী কোলোয় অমুক্তস্থু
উজরুই অয়ুক্কী মেঙলবা কোয়ৌ
য়েংজরুই ফুগায়না শাৎলবা লৈরাং

থল্লুদে নঙগী খুংশেমনি কদৌনুংদা,
লেম্থোকলুই পুনসিগী অয়ুক ৱারেমদা
তত্তুনা নীংশীংলুই অরাম থৌরাংবতা
নোম্লুই মুংথিল চুপ্পা হিংননবতা

তুমতুনা হৌগ্রে মুংদাংপুম্বা ঐগী
নীংশীংলুদে মঙদাফাও নঙবু ঐদি
শোঞ্জদে কোলোয় চিলাং-থারাং ওইন-ফাও
পুনসি সন্ধ্যা ওইরক্লবা ঐনি

নীংহৌদ্রবা নঙবু নীংজরকপা নীংব-কায়বতনা থল্ল' ঐনা
শোলহৌদ্রবা কোলোয় শোঞ্জব'সিস্থু তোরক্লদ্রা নীংব-কায়না।

মে ১৯৮২ ইং

## ৮১

# "কদায়দা লৈ।"

ঈয়ায়দা ঈথক্কী জগোয়
উপালথক্তা উনাগী শাথেক
মিংকি কুম্মৈনি থম্মোই হুবা
মোমোন নোক্লী য়েংবা হৈবা।
ফজরবা ঈথক কয়া কয়ানা
তোর্ব্বান্দা য়ৈরি জপ জপ
উপাল থক্কেই উনা কয়া কয়ানা
মালেম থক্তা কেল্লি পোপ পোপ

তোর্ব্বান্দা য়ৈরে ঈথক জগোয় লেপলে
মালেমদা তারে উনাই-শাথেক লোইরে।
কনাগী থোইনশিন্না ঈথক্কা জগোয় শারিবা
কনাগী য়াথংনা উনাগী শাথেক উৎলিবা
কনানা থেংহল্লি তোর্ব্বান্দা কনানা কেলহল্লি মালেমদা
কদাইদা লৈ মনাকা মোমোন নোকা য়েংলিবা।

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৮১ ইং

৮২

# য়েংজবা ঙমজদে ঐনা

হায়জবা ঙমজদে মঙোন্দা
তমজনীংই পুক্নীংগীবা
হায়জনীংই ঐগী অবাবা
হায়জবা ঙমজদে ঐনা।

মুংশি মায়থোং নীংথিজবা
য়েংজনীংই চিংনা চিংনা
মায়থোং থাদো পামজবা
য়েংজবা ঙমজদে ঐনা।

লোম্না লোম্না মিংচিনা
য়েংজে হূনা হূনা
পুক্নীংগী বা পুক্নীংদা হায়জে
মুংশি মায়থোং রাখলনা উজে।
হায়জবা ঙমজদে মঙোন্দা
য়েংজবা ঙমজদে ঐনা।

ইম্ফাল
তাঃ ১৯৮১ ইং

## ৮৩

## "ৰাখলতা মণ্ডায়রে।"

ঐগী পুনসি নঙগী ৰাখল
কায়নবনি ঐগী থম্মোই
অৱা-মুংঙাই কয়াদি
হৌথ্রবগী ৱারীনি।
লাংওন্-লাংওন্ খুদীংমক্তা
হায়খি নঙনা ঐতগীনি
ওইরম্নে ঙসিদি ঐগী
লাইবক্ থীবা মুমিৎ অদো।

হায়রম্মী নঙনা হল্লক্খিনি অমুক্ ঐগী নাক্তা
তাম্না তাম্না য়েংজখি থুবাক লাইখল্ শানা
দলাই-চাকা উফুল্লক্তা তাম-খরে ঐগী পুন্সি
মিংফম-হোংদ-মিংলি তিংনা ঙসিফাও য়েংলি উবরা দলাই
ঙক্শম্ তিংথোক-নাপ-থাঙ্গৎ ঙসিফাও লেঙদ্রি তাবরা খুরুপ খোম্থাং
অমুক লাকখিদ্রে নঙদি ৰাখলতা মঙাইরে নঙগী।

ইম্ফাল

এপ্রিল ১৯৮২ ইং

৮৪

# নঙগী কোলোই নহাক্কী

লেঙদবা লন্দি নঙগী কোলোই
শোন্নে যোগী ঋষি পুম্বনা
ইরম্মী বেদ পুরান কয়াদা
নহাক্কী,—নঙগী কোলোই নহাক্কী

তোঙান্ তোঙান্ নহাক্কী কোলোই
পামজনা কৌজে মানা মানা
শোঞ্জে মতমপুম্বা লেপ্পা লৈতা
নহাক্কী নঙগী কোলোই নহাক্কী

অরেপ্পা লৈতবা জগততা
পুম্নমক লোইনা মাঙগদবা
মাঙনাইদবা নঙগী কোলোইতনি
নহাক্কী নঙগী কোলোই নহাক্কী।

হে মাঙনাইদ্রবা পুনসি পোলোই ফাওবা
নহাক্কী নঙগী কোলোই নহাক্কী।

ইম্ফাল
মার্চ্চ ১৯৮৩ ইং

৮৫

# নখোয় অনিনা জয় ওইরে।

নোংলক্কা কুপ্পা নোংথাংনি
মিং তথক তথক য়েংজৈ তহ্না তহ্না
লুম্ল-খোঞ্জেলনা তুং-ইল্লি
কীন্থরবরা আকাশ নাকল অমা।

অমংবা নোং মালঙ কুপলি
শুক্ল-মমলে, কৈদনো মালঙ মালেম ;
নোংলক্কা নোংথাঙ শাম্নরি
শাম্নবগী খোঞ্জেলনা থল্লে মালেম।

অপাম য়াই মুম্নবা নখোয় অনিগী
কুম্মৈনি কুম্মৈ নীংজবা কয়াগী
তত্তুনা উজগে 'শিগুম্বা শক্তমদি
লাইশোম্নিনে পুনসিচুপ্পা মখোয়গী।

শুক্ল-মম্ল' নোংলক্কা নোংথাংনা তত্তুনা শাম্নরি
লাউরি মখোয়না—জয় ওইরে — নখোয় অনিনা জয় ওইরে।

ইম্ফাল
মার্চ্চ ১৯৮১ ইং

৮৬

# হে কৃষ্ণ মদন মোহন

মদনবু শুম্বাংপা হে কৃষ্ণ মদন মোহন
কুঞ্জগী লম্বীদা চংলি-নীংশিং নীংশিং, ফজবী
রাধে—কৃষ্ণবু শুম্বাংপী কৃষ্ণ মন মোহিনী
নোপুর খোঞ্জেলনা ঝন ঝন নিল্লে কুঞ্জবনগী লম্বী

কুঞ্জবনগী উচেক বায়া হৈ লৈ উপাল রাপাল
মবুঙো উবদা হরাও-জগোই শারে ইনিন নিল্লে।
সঙ্কেত কুঞ্জ কদম মখোঙ ফজবগী হায়নিংঙাই লৈতরে
মোমোন নোক্না রসরাজ কৃষ্ণ মুরুলী নাদ তৌরকলে।

বাশীনা কৌরি, সঙ্কেত কুঞ্জ কদম মখোঙ-তম্না
চেঙ্খোকচরকই রাই-তয়াং তশোই তথক তথক
খোঙজিন্দা আয়ন খোঙান্দা জতিলা কুটিলা
অহিংদা করম চংকনি বন্দা - শাগৈগী মৌনা।

লৈবাক সমাজ অহল-লমন খৌওইহন্দ্রে নঙনা বাশী পায়বা
নশুং-লাংগী ওইরে রাই—কলঙ্কীনী রাধা।

ইম্ফাল
মার্চ্চ ১৯৮৩ ইং

৮৭

# কৈদনো নঙবু ঙাকপীহৈবা

উপাই লৈত্ৰবগী উপাই ওইবা
তোল্ল' ভারবশিংবু কনবীবা
অচান মীরায় নাইদনা য়েংবীবা
হে থোজালগী মপু থোজালহৈবা।

কৈদনো কৈদনো নঙবু ঙাকপী হৈবা
পাপ্পা থল্লবা পাপচেনবা ঐনি
চঙজফম লৈত্ৰবা চঙজফম খঙত্ৰবা
লম-মাঙনরবা পঙলবা ঐনি

চৎনা-চৎনা থোক্লক্তরে খোঙ থাংবা
উনা-উনা মমশিল্লকলে তাইবঙ মালঙ
য়োরক্লে য়াচঙবা পুনসি ঐগী
ইরাজনা ইপোৎ ফারবা তোল্লবা ঐনি

কৈদনো হে থোজালগী মপু থোজালহৈবা
কৈদনো, কৈদনো নঙবু ঙাকপী হৈবা।

ইম্ফাল
মে ১৯৮৩ ইং

## ৮৮

# ঙাইখিগনি পোল্লোই ফাওবা

হায়রম্মী নঙবু থাদোকলোই
হল্লকনি লেপ্পা শোয়রোই।
মিকুপ অমা কায়নবা
থঙ্গে হৌথরে যুগ অমা।
ঙাইবগী ব্বারবা খাঙওমদবা মৈচাক্ন।
মৈরি হৌনা চাক্লে থম্মোই থোন্না
য়ৌরে ঐদি খাঙজবগী ঙমখৈ
লৈগ্রবরা মাবু ব্বাখলগী ব্বাংমদা।

লাকখিদরে মাদি অমুক হন্না
কাউথ্রমাল্লে ঐবু মানা
কয়া কুইনা লেনখিনি ওমচাক্লনা
ওইরে ঐদি লাইবক থীবী হুন্দোকপীরবী মানা

থাজদবা ঙমজদে ঐদি মহাক্কী ব্বা
ঙাইখিগনি পোল্লোই ফাওবা মানা লাকপা।

ইম্ফাল
মে ১৯৮৩ ইং

৮৪

# ঐতনা নঙগীরা

অত্থৈ হায়খি নঙনা নঙসে ঐগীনি
ঐনদি খঙজদে ঐসিবু নঙগীরা ?
পামজক্কবা খঙক্কবা ঐতগীনি ঐতগী
খঙবস্থ পামজদে ঐতনা নঙগীরা ?

যমুনা খোংমুংদা কালিগী কোকথক্তা
নঙনা জগোই শাখিবা মুমিত্তুদগী
থাপ্না উজবা নঙসে ওইখ্রবনি ঐগী, ঐতগী-
কৎখ্রবনি থরাই-হকচাং নঙোন্দতা—

ঐগী ওইখ্রবা নঙসে লেঙদনা লৈরি
থাপ্না নক্না থম্মোইদা হকচাংদা ঐগী—
মুংশিজক্কবা নঙবু কাউওমদে ঐদি
অত্থৈ নঙনা হায়খিবা নঙসে ঐগীনি।

ঐনদি খঙজদে ঐসিবু নঙগীরা
খঙবস্থ পামজদে ঐতনা নঙগীরা ?

ইম্ফাল
জুন ১৯৮৩ ইং

৯০

# ফজবগী ঙমখৈ

ফজবগী ঙমখৈ অমদা নঙগী
ঙাওজবনি পামজবনি ঐনা
নুংশিবগী পখৈ অমদা নঙগী
ঐগীস্থ শরুক য়াজবনি ঐনা ।

হে ফজবগী তুংনফম ওইরিবা
নুংশি থাজ মায়থোং লৈনম হার' কুঞ্জবন
নুংশিববু কোয়থুং থুংনা য়েল্লিবা
হানৌ'থল্ল লম্পাক নোংদোন থেংন-ৱাংল চীংদোন ।

উনা পুংল-উপাল লৈশাং তম্ল-শিঙেন
নুমিৎ থা থৱান তনিক তরং মালঙ
নন্দন কানন লময়াইদা ফজবৈই ঙমখৈ অমদা
আশা চাউনা লেপ্লী নুংশি পখৈ ঙাইনা ।

ঐগী শরুক য়াজরি নুংশি ভিক্ষা নিজরি
য়েংন-য়েংনা নুংশি শক্তম ফজবদো ঙাইজরি ।

ইম্ফাল
সেপ্টেম্বর ১৯৮৩

৯১

# ৱাহং

করিবু হায়না থুম্নসিগে নঙবু
করম্না থুম্নসিগে নঙগী ৱাহং
অরোইবা ৱাহং অমত্তা ঙায়রবা
থম্মোই কোচিনগী ৱাহংদো থূপ্লবা ?
পুনসিগী অহানবা খোঙথাংদৈই ঐস্থু
হোৎনরক্লী থুমগেইনা নঙগী ৱাহং
ঙমজদ্রি পাউথুম পীবা ঙসি ফাওবা
পাউথুমদো ঐতনা পীক্‌ম থোক্লবা।

নঙতা নত্তে ৱাহং অসি হংলক্লিবা
ঐতা নত্তে পাউথুম পীগে হোৎনখিবা
যুগ কয়া মীরোল কয়া হৌ-খরে
যোগী ঋষি মুনি কয়া ঙমখিদরে
নঙগী থম্মোইগী ৱাহংদো থূপ্লবা
শোয়দনা পীগনি পাউথুম ঐতনা।

ইম্ফাল
ডিসেম্বর ১৯৮৩ ইং

## ৯২

# চিংবিয়ু খুজেং পালোইনা

কদাইদনো কদোমদনো ঐবু হে মুংশিথোইবা
শুক্নবন্দা পুবিরকলে ঐবু বাশী শুরনা
লম্মাঙনরে ঐদি শুক্নবন্দা লম খঙদ্রবা
বাশীগী খোঞ্জেলসু লেপখ্রে কদায়দনো নঙনা ?

হে থম্মোইগী থম্মোই, ঐগী থৱাই-মবুঙো
তোল্লবীগী বিধাতা শ্যামসুন্দর শকহেনবা
লাঙতক্নরবী ঐহাক্নী নিঙাইদবা ইবুঙো
ওংপীরসু অমুক হন্না লোত্তুনা উনারক্তা।

থম্মোই তনিক তনিক ঈথৌ লাংবী ঐহাক্নী
চেপ্পরক্নী হাথু হাথু, ইকাই-ইকি ৱাংম-লাম্না ;
লম-খঙদ্রবা শুক্ন'বন্দা লম্মাংনরবী ঐনি
হে নিঙাইদবা ! লৈবিরসু লোম্না ইতৌ য়েংনা।

অমুক পম্বরসু, লেঙথোকপীরক্নো হে লম-জিংবা
চিংবীয়ু খুজেং পালোইনা নীংনবা কুঞ্জতম্না।

থোবাল
জুলাই ১৯৮৪ ইং

৯৩

# ওইরমলে নঙতনা

ঐগীনি হায়নিংঙাই লৈজদে কনাস্থু
তাইবঙ ৱাঙ্গোল য়ায়সিদা
থিজরুরে মালেম থুংনা
হংজরুরে তাইবঙ ছীম্না
লৈরমদরে নঙগুম থৌজাল হৈবা
থেংনদ্রে নঙগুম চানবী হৈবা
ওইরমলে নঙতনা খ্বাইদগী হেনবা
লৈরমদ্রে কনাস্থু নঙবু হেনবা।

থাজরমদে নহাকপু থম্মোইনা ঐগী
খল্লম্মী ৱাথলনা নঙতা নত্তে
তাইবঙদা মালঙদা ৱাংকনি করিগী
খল্লুরে মথোয়তনি নঙবু নত্তে
মিকুপ'মগী ওইরমলে মথোয় পূম্বা
ওইরমল্লে নঙতনা ঐগী খ্বাইদগী হেনবা।

অমেংলোং
মে ১৯৬৩ ইং

৯৪

# মঙাল তম্না

শেংলবা আকাশ্না কৌরি ঐবু তন্নামনা
অয়ুক্কী লিক্লানা কৌরি ঐবু খুংলাম তোয়না
চংলি অসিদা অয়ুক্কী লংলবা মঙালনা
তুংইল্লি ঐহাক্না অমম্বা অহিংফাও লেপ্তনা।

কনানা ঐবু চঙজফম পীনি অমম্বলক্তা
ঐহাক্না খঙঙী অমদি লৈরি চঙজফম পীবিবা—
মহাক অত্তু কনানো, নঙনা মাবু উবরা ?
মহাক্কী লোত্তুনা লৈ মিংয়েংগী ৱাংমদা।

কনানা ঐবু চঙজফম পীনি অমম্বলক্তা
ঐহাক্কী খঙই শোয়দনা লৈবনি মহাক্কী
ওইরস্তু-নঙগী মিংয়েং ৱাংমদা উঙমদবা
পীবিনি চঙজফম্ মানা অমম্ব-লক্তা।

অত্তুনা কিজদে কনা ঐনা অমম্ববু তন্নামজে
অয়ুক্কী মঙালতম্না ঐনা অমম-লক্তা চঙশিঞ্জে।

ইন্দ্রাল
আগষ্ট ১৯৭৪ ইং

# লাইরৈবাক্কী জগোয়শাবী

ঘাটকী মনাক্তা তাম্না
ইম্নরুই অকোয়বী ফনেক অমা
খঙহৌদনা থাপতোকখি লাপনা
মাঙখি-পাক্লবা লম্নহাংদা।

ইম্নরুই লৈচিলদো ৱাংনা
আকাশকী থোঙ্গাল লাম্না
ঐনা উখি অঙাং অমা
শাম্নরম্মী থব্নান-লক্তা।

হৱাউ মোমোন জগোয় শারি
তরাম্না ঐবু খুৎলাম তোয়রি,
উজ্জরে ঐনা উর্ব্বসি মেনকা
ফজ্জরবী নীংথিরবী ঙাক্তা।

শারি জগোয় মখোয়গী শৈহেক্তা
অঙাংগী অকোয়বদা থব্নান'লক্তা।

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৭৪ ইং,

৯৬

# শেংলবনি নঙগী লম্বী

ঐগী মুংশিথোইরবী নঙগী লম্বীদি শেংলে
কদোম্নুংদা ঐহাক অপনবা পীরোই নঙোন্দা
ঐনা রাশক্লী ইগুণ ঙাক্লা মুংশিথোইরবী
খণ্ডচু ঐহাক ক্ষেত্রীনি অকনবা শাগৈদা পোকপনি।

হায়খিব্রা ঙাকপদা শিবা কিদ্রবা ঐহাক্লী
ঐগী পোকফম ঐগী লৈফম ঐগী লেমজনিঙাইনি,
নঙগী নীংজ'-পামজ'দা অথিংবা ওইরোই ঐনা
হে মুংশিথোইরবী ঐনা হায়রী অমুক হন্না

কদোম্নুংদা ঐহাক অপনবা পীরোই নঙোন্দা
কায়দোং উশা থিবদা পাক্ল' অতিয়া ছমহুনা
ঐনা য়েৎলোই ঐনা য়েৎলোই মফম কৈদা
শেংলবনি নঙগী লম্বী থিংলরোইনে ঐনা।

অহাঙবা আকাশতা অথিংবা লৈতে অথিংবা লৈতে
নহাক্তি পাইখরে থম্মোই অতিয়াদি হাঙহৌরে ॥

ইম্ফাল
জা: ১৯৭৫ ইং

৯৭

# কদোমদনো

পাক্লবা আকাশতা মুমিৎনা ঙাল্লি
শেংলবা অতিয়াদা থানা থোক্লি ;
থবানগী মিংখত্তা লৈচিলনা মায়খুমনৈ
থাজস্নু লোৎলি—নুমিৎসু লোৎলি লৈচিলগী য়ুথলনা।
নাইতোম পাইবা অমু কায়েল
মথন্তা লাউরি সুন্দ্রংগী মালঙদা
কনানা তারি কনানা য়েংলি
অদুবু তা-বা লৈতে উবা লৈতে।

থবায়না কৌই মালঙনা কপই।
তাইবঙনা খুমই মালেম্মা নোকই
কদাইদনো ঐবু কদোমদা চৎকদবনো—
মালেমদনি মালেমদা চৎকদবনি মালঙদা
লম্নাইদ্রবা মালঙনি ঐবু কদোমদনো
কাউগন্নু নুমিৎথা থবান্না ঙাল্লি আকাশতা।

ইম্ফাল
জান্থয়ারী ১৯৭৬ ইং

৯৮

# ঐগীনিনে নহাকসি

লেঙদ্রবা আশানি ঐগী নঙবু উতুনতা লৈজবা
তুম্বা হিপ্পা মঙ তাইবঙদা নঙতগা লোয়নজবা
হিংলিমৈদস্থু শিরগস্থু ননাক্তা লৈজবা
আশানি ঐগী লেঙদ্রবা নঙগা লোয়নতুনতা লৈজবা।

চঙৎনবা রাখল 'লক্তা চনৈনবা থৌরম'লক্তা
চীকমাঙনরবস্থু নহাক্না করিগুম্বা মতমদা
ঐগী আশাগী পম্থুংদি লৈজবনিনে ননাক্তা
লেপ্লোরাউনে ইমাঙদা অহাঙ মতম মতমদা।

হায়জসনু মখোয়না ঐসি হেলোইনা পুরবনি
ঙাঙনসনু মখোয়পুম্বা ঐহাক অসে ঙাওরবনি ;
নঙতনা মাঙদা লেপ্লবদি নাচুংবা লৈতে ঐদি
নঙতগা লোয়নরবদি ইকাই-ইকি থঙদে ঐদি

থৌদ্থু নুংদা লেপ্পুনা রাশকচরে ঐহাক্তি
আকাশ সুন্দাই রাংমদস্থু ঐগীনিনে নহাকসি।

কারোং
এপ্রিল ১৯৭৮ ইং

৯৯

# য়োঙমদ্রেদো লম-থুংফম

চীংদোম্বক্তনি—নৈচিল'লক্তা লেপ্লী ইথক্তা
লোকচপ্তা চেল্লি থাইনা ঙংনা থেক্লা খোয়না
চীংয়াঙদনি উরক্তা মোংশোংলক্তা ইথক্তা
মাঙগী খুঞ্জাও য়োনবা চৎলি লেপ্পা লৈতনা।

হাইথরক্লি চীং নাপোম তারমদাই মুংশারক্তা
তা-রক্নে হরাও-পুংখোল "তুং তুং" মালঙনা পুরকপা
হরাওজৈ ঐনা থিক্তং লমথুং-নক্লক্নে থনবদা
লৈবাক-শিংন—চিংন-চৎলি রাবনা শদো থোংলবা।

থাইগী খোঞ্জেল "রায় রায়" হরাও পুংখোল "তুম তুম"
রাখলনা শেম্বা মঙলাম্নি হেলোইনা পুর' ঐহাকনি
লমলৈমনা পুর' কনানা চৎথৈ চৎল' হায়্নে 'ফমদা তাশুম
মঙম শাম্রে ঐগী থোঙচৎ ইয়ো ময়োদ্রে লম-থুংফমদি।

নোংলৈ মুংশিং হোৌরক্লে অথাক অরাও তারকলে
লৌতাঙশঙদা লেনবা তাথি তা-না তা-না হরাও পুংখোল।

ইম্ফাল

সেপ্টেম্বর ১৯১৯ ইং

# মৈগ্রাল অত্থ

অমম্বা লম্বীদা চৎলি, শিক্তুনা নাল্ল' লম্বীদা
নোংস্থু তক্তনা চুরী—মুংশিংস্থু কম্না শিংলি
চৈশু-য়াওদে, ছাটিন য়াওদে,—শীক্রী চোৎল' লৈখোম্লক্তা
শোল্লি মুরুম মুরুম কয়া ৰাংলি লমথুংফম
অথাপ্পদা উরি মৈগ্রাল অমা শেংফাক্তনা মিক্তা
নোংলৈ-লক্তা অমুকস্থু মাঙখি—অমুকস্থু উরি-
চোৎল'-হকচাং ঈংলে-শরুফাও উরক্লে ভাবকী মিক্তা
লুম্ল-ফোঙফোঙ-শার-ফুঙ্গা কদাইদনো লমদনফম।

চোৎন-নাল্ল' লম্বীসে ফৈন-য়ুংনা-তুরোইনা
কাফৈ কাফৈ চৎচরি মৈগ্রালত্থবু য়েংত্থনা
অৰাবা 'তমদা উজবা নুঙাইবা 'তমদা মাঙখিবা
মৈগ্রালতনা লমজীংলি—মহাক্তনা লম্মাংহনবা;
লোইনাইদ্রবা লম্বীসে করম 'ফমদা পমগবা
য়োনাইদ্রবা লম-থুংফম করম কান্দা য়োগবা?

ইম্ফাল

ফোঙ্গ্রবা—অনিথোক্লবদা। সেপ্টেম্বর ১৯১৯ ইং

# লায়রবীগী য়ুমদা

লায়রবীগী য়ুমদা নোংমা লাকখি নঙনা
লৈজদে মতীকচা' ফিদা থাজখি শেগায়র' ফক মচেং অমা
ফমখি নঙনা মোমোন নোক্লা
য়েংজখি চিংনা—পিনা চোংল' মিংস্নানা।
মম্লবা অহিংনি শেগায়রবা থাংপোক্তা
মুশি-মুশি ঙাল্লি উচান মৈরা অমত্তা
নিংথম কা-স্বী থাঙজরি ব্রাই শক্তি মৈথুরক্তা
"লায়রবীনি থারোন্নু নোক্লবীন্নু শকহেনবা।"

নঙনা হায়খি মোমোন নোক্লা ন্নুংশিনা
"লা-মলে ঐদি লা-মলেনে করি লৈবগে নহাক্নী ?"
"পান্নাউ অনক্তং লৌজরি হুন্নী শুরে হেন্নকপা,
চরা নোংখম্নজগে লৌবিয়ুকো লংনদনা।"
মোমোন নোক্লা হাবিখি হরাউজখি লায়রবী
অরাম খোরাং কোকথরে লামখিদরে মপোক্তমা।

ইম্ফাল

জানুয়ারী ১৯৮০ ইং

১০২

# কদাইদনো মহাকপু

ঙাইনা ঙাইনা লোইশিল্লকলে পুনসি অসি হৌখরে
হৌজিক ফাওবা খঙদরি কদাইদনো মহাকপু ;
অরেপ্পা খঙদে কনানা শোয়দনা ময়োৗরকত্রা ?
শোল্লি শক্লি তস্তনা মুনি ঋষি কয়ানা।
কৌনা কৌনা লেল্লকলে খোঞ্জেল ফাওবা মাঙলক্লে—
করম' কান্দা খঙগনি – কদোমদনো লমদমতু
শোয়দনমক উগত্রা হায়বা ঙম্বা য়াওবরা
যুগ কয়া শোল্লক্লী লেপ্তনা তাইবঙ জীব পুম্বনা।

থাগৎলে মাবু শোনবনি চৈরে মাবু নীংশিংবনি
অখঙবনি হায়জবা কনানা অশিংবনি হায়নবা মখোয়না
হায়রী—মাগী লৈফমদি বৈকুন্থনি গোলোকনি—
স্বর্গনি ; অতূবু কদাইদনো বৈকুন্থ গোলোক স্বর্গনা ?
বাখল্লনা শেম্বা বাখলতদা লৈবা য়োৗনাইত্রবা মফমলা
থম্মোইতনা খঙবা থম্মোইদা লৈবা ফংঙমদ্রবা মহাকলা ?

ইন্দ্রাল
জুলাই ১৯৮০ ইং

১০৩

# কদাইদনো তাকপীয়ু

প্রলয়গী নুংশিং শিংলক্লে প্রলয়গী মৈনা চাক্লক্লে
মালেমনা দোষি ওইদুনা সমুদ্রনা থাউ ওইদুনা
মায়কৈ খোন্না চাক্লক্লে অতিয়া পূম্বা মল্লক্লে
মৈখুনা থল্লে অহাঙবা আকাশ, য়েংলি ঐনা
সনজীংদা লেপ্পুনা তরঙদা লূপখিদোরিবা।
শোঞ্জরি লেপ্পুনা খজিক্কুং ফংলি তাঞ্জাদা
হরি কোলোয় নীংথিবা তাইবঙ ঈপাক লান্নবা।
মালেমনি অনৌবা অনৌবা য়াওন লাকপদা

কদাইদনো তাকপীয়ু হরি কৌবা নহাকপু
প্রলয় নুংশিং শিংহনবা প্রলয় মৈবু চাকহনবা
অরী-অনৌ খায়রিবা মতমগী চক্র লৈইরিবা
থম্মোই শুম্বাং শক্তমদো উহনবীয়ু ঐহাকপু
হরি কৌবা নহাক্কী অনিনা অমা ওইরিবা
অমনা ময়াম ওইহনবা ময়াম্না অমা ওইরিবা।

ইম্ফাল
সেপ্টেম্বর ১৯৮০ ইং

## ১০৪

# ঋতুরাজ বসন্ত লাকলে

ঋতুরাজ বসন্ত লাক্লে—বৃন্দাদেবীনা ওকচরি
নীংথিজরে বৃন্দাবনসে থম্মোই হুরে ব্রজ গোপী
লৈনম্না হা-রে কুঞ্জবন মালঙনা লিরি হুম্লক্লি
পোমশাৎনবী লৈরাং তম্না খোইমুনা ঙংনা পাইরক্লী
বনগী লৈরাংনা হংলি—"কদাইদনো ইবুঙো।"
কুঞ্জগী চেক্লানা হংজৈ "নঙবু কৈদনো?"
বসন্তনা লাউরক্লি—লেঙলক্লেনে ইবুঙো।
মালঙবনা পাউজেল্লি "ওক্লরোনে ইবুঙো।"

নোপুর খোঞ্জেল'লক্কা খুজি নাচি তাম্থানি
সনা মচু ফিগেনি শংবানবী শারিনি
মালঙ তাইবঙ পূনবনি থয়ুং মাসু তিনবনি
বসন্তগা লোয়ননা ঋতু তরুক থোগল্লি
হৌখ্র' ওইরি' লাক্কদৌ' অমথক্কা ওইবানি
লেঙলি' পাল্লি' লক্কা লেঙদ' মানা লৈবনি।

ইম্ফাল

অক্টোম্বর ১৯৮০ ইং

# নোংমদি উগনি

ঐসি নঙগী পুনসিনি
য়েংউ পাক্লবা অতিয়া শিন্থুংনা
লৈরি ঐদি নঙবু য়েংহুনা
অঙৈইবনি ঐনা নঙগী থৱায়নি।

উরি ঐদি নঙনা য়েংলি
থাসি 'হিংদা নমিৎ লাওনা পাঙহুনা
"কদাইদনো" য়েংলি নঙনা
লেপ্পমক খঙই ঐদি, নঙনা তারি,

লাঙল' তাইবঙ মালঙ লক্তা
কদায়দগীনো মির খোঞ্জেল অসে
নঙনা খঙদে লৈরি কৈদা
থম্মোই খুদীং শুক্নাৎলিবা শক্তমসে—

য়েংউ অতিয়া মকোয়দা নমিৎ কুপ্পনা
নোংমদি উগনি নঙ থৱায় ঐসে লেপ্পা

ইম্ফাল
ওক্টোম্বর ১৯৮০ ইং

# কদাইদা লৈখ্রে শকউদবা

ঙসি ঐগী ইন্দোন লৈত্রে
স্বর হোল্লম্বা হোনখিদ্রে
লেঙঙম খোৎলম্বা তোকখ্রে
বা ঙাঙখিদ্রে লেঙখিদ্রে।
মপান্দা লাঙলি ময়াম
শেমলি অচম্বা শন্দুক
ঙসিমক তোর্ব্বান য়াঙবীথক্তা
চাকপ্রগনি হকচাং উৎ ওইনা।

ঙকই খল্লুবদা কদাইদা চংখ্রে স্বর অদু
কবি লমদম য়োৎখরে মাগী খোঞ্জেল অদু
উরম্বা তা-রম্বা লেঙলম্বা কদাই কদাই চংখরে
মৈনা মৈদা ঈশিংনা ঈশিংদা নুংশিৎনা নুংশিত্তা
তিনপ্রবদি আকাশ পৃথিবী পূন্নমকপু শীল্লম্বা
থোৗদারম্বা পূনশিল্লম্বা কদাইদা লৈখ্রে শকউদবা।

ইম্ফাল
জানুয়ারী ১৯৮১ ইং,

১০৭

# চংজফমদু কৈদনো

কদায়দনো ঐবু ঙসি কৈদনো
উমং ৱামং উখোং ধল্লে সিফাইনা
লাঙ্গোই চল্লে চেনফম লৈত্ত্রে ঙসিদি
যমগী দুতনি লাক্লবনি ঙসিদি।
হোৎনহৌদ্রে ইদোম নাম্থোক্লবদো
হোৎনরুরে মখোয়গী দমক্লনা
মখোয়দি চৎখ্রে ঐবু থাদোক্লুনা
চেংখ্রে ঙম্না হন্ন-ফাও য়োলমদনা।

ঙাওল্লবা মিংনি কিরবা শকফমনি
হিংচা য়াইতম্বনি কৎথিদ্রবনি
কদাইদনো ঐবু ঙসি কৈদনো
হায়নৈ অনদি লৈার চঙজফম 'মা
য়োঙমদে যমগী দুত যমগী সিফাইনা
মীরক 'সিদা চংজফমদু কৈদনো ?

ইম্ফাল
ফে: ১৯৮১ ই:

# কৈদোৌঙৈনো য়োৌগদবা

পামজবা নঙগী নকাদা কৈদোৌঙৈনো য়োৌগদবা
লৈজ খিবিক থা-দোক্লুনা নহাক্তবু নীংজবনি
শাগৈ' মৌনি খল্লুদনা নহাক্তবু পামজবনি
নুংশিজবনি ঐনা নঙতবু খ্বাইদগী হেন্না
পামজবা নঙগী নকাদা কৈদোৌঙৈনো য়োৌগদবা
ঐগী থরায়স্থু নঙগীনি হকচাংস্থু নহাক্কীনি
রাখলস্থু নহাক্কীনি ঐগী পুক্নীংস্থু নহাক্কীনি
লৈজ খিবিক ঐগী কচ্চবনি অথাকপা লৈতনা।

কদাইদনো নঙবু ঐনা খ্বাইদৈই হেন্না পামজবা
কদাইদনো নঙবু ঐনা খ্বাইদৈই হেন্না নুংশিজবা
করি লমদা লৈবগে নঙবু ঐগী থরায় ওইবা
করম্বা লম্বীনো! চৎকদবা নঙগী ননাক য়োৌনবা
য়েক্লবগী খুত্তগী কৈদোৌঙৈ ঙমনি নাম্থোকচবা
নুংশিবা নঙগী নকাদা কৈদোৌঙৈনো য়োৌগদবা।

ইম্ফাল
ফেব্রুয়ারী ১৯৮১ ইং

১০৯

# অমদি লৈরি

থিজরি নঙবু ঐহাক্না মফম খুদোং শুনা
য়েংজরি নঙবু ঐহাক্না মায়কৈ খুদোং শুনা
হংজরি মীপুম খুদোং কদাইদনো নহাকপু
কৌজরি মতমপুম্বা খোঞ্জেল থোক্লিমখৈ নঙবু।

লৈবরা নঙদি মিংয়েংগী ৱাংমদা নঙদি উঙমদবা
নহাক্কী লৈফমদি মফমগী ৱাংমরা য়োঙনদবা
শকথঙদবা নঙসে মীপুম খুদোং খঙঙমদবা
না-পঙবরা খোঞ্জেল পুম্বনা য়োঙমদবা।

পঙহায়তা হায়নৈ মখোয়পুম্বা নঙবু অচুনি
নহাক্কী অদানি, নমিংনা অচুনি - অদানি
কনাগী ৱানা অচুম্বলো কনাবু থাজনি
খনফম থোক্ত্র ৱাখলনি হায়ফম খঙদ্র' ৱায়াননি।

থম্মোইনুংদা খঙই ঐনা লৈরি অমদি
থা-জরি অমদি লৈরি -- খঙদে কদাইদনো অচুদি।

ইম্ফাল

ফেব্রুয়ারী ১৯৮১ ইং

১১০

# ঐগী থৱায়

হে থৱায় ঐগী থৱায় কৈদা লৈবগে নঙবু
মফম খুদীং মতম খুদীং থিরি তত্তনা নঙবু
মালেম মালঙ খম্নুংদা করি লমদনো নঙবু
ঈশিং নুংশিৎ লৈমায়দা আকাশ পাতাল লৈনুংদা

হে থৱায় ঐগী থৱায় করি লমদনো নঙবু
ঐনা কৌবা তাবরা—উবরা ঐনা য়েংববু
করি লমদা কদাইদা তাকউ নঙনা ঐবু
ঐসে নঙবু থিরিয়ে খঙদবরা নহাকপু ?

গোলোক বৃন্দাবন য়ায়দনি মণি মন্দির নুংদনি
যোগপিঠ কুঞ্জরাজ ঙাম্থোইইরিবা অনিনি
খুয়া খাদা তুজরি ইকোক নোঙ্গা হঙ্গৎলি
তিঙ্গগেনে নখুয়াদা লৌশিনবীয়ু ননাইনি।

থিজরকপা ঐহাকনি ফংজরেদো ঐগী থৱায়
ফংঙমদ্রবা নখোয় অনি ওইরমলে ঐগী থৱায়।

ইন্কাল

মার্চ্চ ১৯৮১ ইং

# নঙগী নশক নখোল্লা ?

থরানলক্তা লোংলিবা তাইবঙ পুক্নীং শুম্ফংপা
মীওইবনা পামজবা রাখলন্নুংদা খঙ্গবা
অনিশুদবা নহাক্কী মিংফম হোংবা য়াদবা
ঐগী থম্মোই হুবনি হায়ভমদনা ফজবা।

নশক উদে নখোল তাদে কদায়দনো নঙবু
মালেম্মা লৈরকভৈ লৌশিং তারকভৈ মীওইবনা
থিজব্রকই কদাইদনো লৈশেম্বা মপু নঙবু
মুনি ঋষি কয়ানা তৌরক্লি হোম জপ লেপ্তুনা ।

থঙজগে নঙগী লৈফম তা-জগে নখোল নঙগী
য়োজগে নঙগী নাক্তা উজগে নশক নঙগী ।
য়েন্নহৌভৈদৈই ভসিফাওবা ননাক্তা কনা য়োথ্রবা
কনানা নখোল তা-থ্রবা কনানা নশক উথ্রবা ?

নুমিৎ থা থরাম্না ভাল্লিবা অমম অঙান অসিনা
লেঙলি পাল্লি অসিনা নঙগী নশক নখোল্লা ?

ইম্ফাল
মার্চ্চ ১৯৮১ ই.

## ১১২

# চৎলি খোঙদি থাংলি

লেঙদবা উপালনা লেঙলে তাংজবী উরীনা লেপলি
লোইনাইদ্রবা লম্বী খমলে চোকথর' খোঙদি থাংলি
আকাশ সুন্দাই ৱাংমনি ৱাখলগী ঙমখৈ ৱাংমদা
তপ্না কিনা থাংজিল্লি খোঙথাফম খঙদ' লমদা।

অওইবদি খঙদনা লৈরমগনি খল্লিদা
হায়খি কনাগুম্বনা মতম কুইরবগী মাঙদা
লৈরি অমা মিৎনা য়েংঙমদনা ফজরবা
থম্মোই হুবা মহাকনি মাদি শুকলেঙ লেঙদবা।

কদায়দনো নহাকপু অমুক লেঙবা লৈত্রবা
য়েংজনীংবা শক্তমনি ঐহাক্নী উজনীংবা
নঙগী মায়কৈ পাংজবী ঈথৌ লাংবী ঐহাক্নী
ৱাখলগী ঙমখৈ ৱাংমদা আকাশ সুন্দাই ৱাংমনি।

লেঙদবা নঙনা লেঙলে তাংজবী ঐনা লেপলি
লোইনাইদ্রবা লম্বী খমলে চোকথর' খোঙদি থাংলি।

ইম্ফাল
এপ্রিল ১৯৮১ ইং

# চঙহনখিদে হায়দো

সাধুনি সাধু লাইনীংবগী মকোকনি
লম্বোইবশিংনা কৌনৈ মাবু "মহারাজ"
কনানা হায় মহাকসে গোস্বামীনি।
লোইয়িন খমইন কয়া ইন সাধু মহারাজ
য়েংলি তা-মনা তাকলি তত্ত্ব চেলাশিংদা
হায়নৈ কনা লৈ মাগুম ধর্ম্ম চেল্লবা;
শূরগা চাবা তোম্বা খোইজংদে তত্ত্বদা
ওইঙমদে চেলা সাধুগী ধর্ম্ম লৈবা।

সাধুনা হায়খি—"লাই নীংদবা মহারাজ।"
মখোয়না হায়—"মাদি ধর্ম্ম লৈতবনি।"
লাইরৈবাক্কী সোরারেনগী অমরাপুরনি
ধর্ম্ম লৈবা থরায়তগী তিল্লফমনি।
তরাম ওকখি তোম্বা কৌশিনখি কোন্নুংদা
চঙহনখিদে হায়দো সাধু মহারাজ মতোমতা।

ইম্ফাল
এপ্রিল ১৯৮১ ইং

১১৪

# লেঙদনা লৈরি ঐদি

মায়গৈ তরা ওন্দুনা লৈইনা কোয়না য়েংলিবা
ৱাখল ঙমখৈ ৱাংমদা থম্মোই খোঙথাঙনৱিবা
আকাশ সুন্দাই ৱাংমদা তপ্পা তপ্পা চৎলিবা
কদায়দা করি য়েংনা কনা থিবা চৎলিবা ?

পণ্ডিত কয়ানা লাউরি "খঙঙু ঐ নঙ ফংনবা"
ভক্ত কয়ানা শোল্লি "মিংতনা অথোইবনি"।
খঙদে ঐদি করিনা চুম্বা কনানা লানবা
ঐহাক ওইনা লৈরিবৈ অচুম্বদু খঙনীংলি।

কনানো ঐবু তাকপীদোবা শক্তমদো অচুম্বা
থিবা তাবরা মাবু ৱাখল ঙমখৈ ৱাংমদা
অহৌ-অৱোই লৈতবা পোকপা শিবা নাইদবা
মাবু য়েংবা তাবরা আকাশ সুন্দাই ৱাংমদা।

"ঐবু থিরিবা! য়েংউ থম্মোই লৈকোন য়ায়সিদা
লেঙদনা লৈরি ঐদি নীংনবা মন্দির নুংশিদা।"

ইম্ফাল
এপ্রিল ১৯৮১ ইং,

# গুরুনি ঐদি

করি নুমিত্তনো অতিয়াগী লৈচিল মুংকদবা
করম মতমদনো মালেমগী অমম্বা মাঙথিদোবা
করম কান্দনো আকাশ মণ্ডালনা থনগদবা
কৈদৌঙৈ গুংলনি লৈগী দলাই স্বর্গ চংননবা

কনানা থাবিনি কৈরাক লৈগী দলাই কাননবা
কনানা চিংখংপিনি শাগল পায়না দলাই থক্তা
কনানা পুবিনি দলাই শাংলবা লম্বীসিদা
করম লান্থোক্নী ঙম্ন' লম্বীসি তিংখংনা থল্লবা।

কনানো লমইন পেনা খোংলিবা মাঙদা চংনা চংনা
নংহৌররোই কনানো ঐগী শাগন পায়না চিংলিবা
কনানো নঙবু ঐগী দলাই পুরিবা শকউদবা
লৈচিল থাংদ্রে অতিয়া কারকলে দলাই রাংনা রাংনা।

কনানো অমমলক্তা লমজীংলিবা তোয়না তোয়না হংজরি।
লাউরকলি আকাশ মণ্ডাললক্তা "নঙগী গুরুনি ঐদি।"

ইম্ফাল

এপ্রিল ১৯৮১ ইং

# "করম লাল্লসিগে"

তোর্ব্বান ৱাংমদা লেপ্লদুনা থাপ্পা
কৌরকলে ঐবু খুৎলাম তোয়না
তা-রক্লে খোঞ্জেলনা থল্ল' নাকোংদা
তোপ তোপ্পা খোঞ্জেল খোয়থুম্ন-শুম্নাৎপা।

"হে ঐগী মুংশিরবা! লাউ লাউ ইনাক্লা।
উজরি য়াম্ন-য়াম্ন শক্তম-লক্লা
শেংফাত্তন'—তোপ তোপ নোংহৌ ভম্বা
করম চৎসিগে ননাক্লা য়ৌজনীংবা।

করম লাল্লসিগে পাক্ল' ঈপাকসে
হৈজদে ঈরোইবা লৈজদে পাঙল
হিসিস্থ মল্লে য়ুরে ইকায়-কায়রে।
খঙজদে কনানা শাবিনি হিনাও।

নখোলনা হিনাও শার' নশক্লা লমজীংবা ঐসে
নশক নখোল তুংইন্না লাঞ্জরগে ঈপাকসে।

ইম্ফাল
মে ১৯৮১ ইং

১১৭

# "ঐতগীনি"

ঐগী ঐগী হায়বসিনা লাইশোন্নি পুনশিচুপ্পা
তাইবঙ খোঙদারকপদা হান্না থিখি কৈদনো ঐগী ইমা
জ্ঞান তারকপদা হংখি কনানো ঐগী ইপা
চাউরকপদা থিখি ঐগী চান্নবী ঐগী চান্নবা।

পুনসিচুপ্পা তাল্লুই ঐগী লন ঐতগী ইচাগী ইশুগী
নোংমা কাংদে থিরুই হূম্নুই ঐতগী শুপ্পগী ঐতগী
ঐনা নোমলি-তাল্লি পূম্বসে ঐতগীনি ঐতগী
অহাউ অথুম মুঙাইবা ঐতগীনি ঐতগী।

ঐগী হায়বা থিদবা কনা লৈবগে তাইবঙদা
পূম্নমক অরেম্বনি হায়রিবা মুনি ঋষি মখোয়মসু
সংসার থাদোক্ল' যোগীসু থিরি মখোয়গী লেঙদ'লন
তাইবঙ মপু হরিগী শ্রীচরণ নীংথিবা।

ঐনা হায়রী হৌজিকসু ঐতগীনি শ্রীহরি
শিরে হিংলে তানখিনি ঐগী লনসে লেঙদবা।

ইম্ফাল
মে ১৯৮১ ইং

১১৮

# য়াররোই লৈথহোবা

মিংথক্লা ফজবী মালেমসে য়েংবগী পেন্নাইদ্রবীনি
অনৌবা য়েন্নীং অশংবা ফিজোল ভাঙ্‌খনবা অতিয়া
থাবলনা থূম্মাংলবা অহিং ফুগায়না শাংলবী লৈরাং
শুম্মাংনবা শক্তম কয়া কাউররোইদবা শাথেক্লী।

ব্রহ্মানা পোকওমদবা মীওইপোক্লী য়েংত্থনা লৈজখিগে
য়েংবগী পেন্নাইদ্রবা শক্তম কয়াসে মালেমসিগী
পামজদে স্বর্গ পামজদে আমরাপুর লৈজনীংদে সাইরৈবাক
ঐবু কৌবিন্নু ঐবু পুবিন্নু থম্বীরম্মু য়েংজখিগে মালেমসে।

তা-জখিগে নুংশিরবা শুর য়েংজাখিগে ফজরবা শক্তম
তা-বগী পেনবা নাইদ্রবা য়েংবগী ওকপা লৈত্রবা
অমম্বা লৈত্রবা মালেমদা লৈরিবা মঙাললনা থল্লবা
হায়জরী নঙোন্দা চানবীয়ু ঐবু লৈজহৌখিগে মালেমদা

মতম্না কৌরি মহাক্লা চিংলি শাগন লাক্লুনা
য়্যাররোই লৈথহোবা মালেমগী ফজবা য়েংত্থনা।

ইম্ফাল

মে ১৯৮১ ইং

পুনসিংগী বসন্ত চৎখরে কদাইদা
তাম্নরি ঐহাক্না ফংগনি কৈদা
হংলি থিরি মফম খুদীং লেপ্তুনা
চৎথ্রবা নঙবু ফংনীংন' ঙাওর' ঐনা।

য়েংউ হৈপাল লৈপাল অনৌ য়েম্নীং হুল্লে
কুমগী মতম ওইবদা বসন্ত লাক্লে
হায়য়ু ঐগী বসন্ত চৎখরে কৈদা
অমুক লাক্লরোইদ্রা—কুম ওইরবদা।

চির বসন্ত অমরাপুর লমদমদা
নন্দন কানন পারিজাৎ পরেং থোনবা
লাইরৈবাক্কী দেবতাশিংগী লক্তা
লেঙনাইদ্রবা নঙবু ঐনা পামজবা

ফংদ্রবস্থু মপোকসিমা মালেমদা অমুকহন্না
মাঙনাইদ্রবা পুক্নীং চির বসন্ত লৈরি থম্মোইদা লেঙদনা

ইম্ফাল
মে ১৯৮১ ইং

১২০

# লাকহন্নীংদ্রবা

ঙাইরি লাঙতক্লনা লাকহন্নীংদ্রবা নঙবু
কৈদৌঙৈ লাক্কনি খঙঙমদে কনাস্থু
হায়নৈ লাক্কবা লৈতে অমুক্তং নঙনা
ঙাইবা তারি নহাকপু লাঙতক্লনা

কনানা কৌই নঙবু লাকপীরো হায়না
কনানা হায় লাকখিন্নু থুংল'মক্তা নঙনা
মখোয়না হায়নৈ উনগনি নঙগা
অরোইবা মতমদা পুনসি পোলোইদা।

খঙবা শুকঙম ঙমজদে ঐহাক্তদি
অরোইবা লৈবরা লোইনাইদ্রবা মতমগী
পোলোই লৈবরা লোইনাইদ্রবা পুনসিগী
য়েলহৌঙৈদৈই লৈরক্লী লেঙলি পাল্লি।

করম কান্দা মুংথ্রবগে পুনসি করম কান্দা লোইথ্রবগে মতম
অতুম অতুম ওইনমক ঙাইবা তারি ঐহাকস্থু নঙবু লাকহন্নীংদ্রবা

ইম্ফাল
জুন ১৯৮১ ইং

১২১

# কৈদনো থব্রায়

নোংমা নোংমগী মী কয়া কয়া শিরি
নোংমদি ঐস্নু শোয়দনা শিগনি।
শিরগা কদাইদা লৈ কৈদা চৎলি
কনানা ঙমখি হায়বা করি লমদা চৎখি।

'সিমদি খঙই মালেমদা 'মুক লৈত্রে
অশিবা হকচাংদি মৈ থা-থ্রে ফুমথ্রে।
মখোয়না হায় থব্রায়দি শিবা লৈতে
হকচাংসিদি ভুৎ মঙাদা তিনথরে।

থব্রায়গা হকচাংগা অমত্তরা তোঙানবরা?
ঐহাক্কা থব্রায়গা অমত্তরা তোঙানবরা?
হিংলিঙৈদা থব্রায় হকচাং ঐহাক অমত্তনি
শিরগা থব্রায় হকচাং ঐ করম তোঙান তোঙানগনি।

ঐ লৈ, ঐগী থব্রায় লৈ ঐ লৈতে ঐগী থব্রায় লৈতে
শিরগা ঐদি মাঙথ্রে থব্রায়দি কৈদা চৎথরে।

ইম্ফাল

জুন ১৯৮১ ইং.

# ইথন্তা চৎলে

হুন্দোক্লমলে ঐগী হকচাং, তাহুনা লৈহৌরে মালেমদা
ঐদি চৎলে মালঙগী য়োনাইদ্রবা শাংল' লম্বীদা
ইচা ইশু শাগৈ ঙাই মরূপ মপাং কনা লৈতে ঐহাক্কী
মখোয় লাকই মরুপ ঙাইনি হায় কপ্তে নোক্তে ঐনা উরি

য়েংই ঐনা করি থনম্মী সনা লুপা কোল-লীক
ফি-রোল, লোম্না ফোংনা পায়শিন্নখি মহৈ মহৈ
য়েংনরি মখোয় মশেল—কনানা করি পায়খিবা
কুপশিনবীদে ঐগী হকচাং অঙৌবা ফিজুনফাও ঐনা থনম্বা।

হুন্দোক্লমলে পুম্নমক মালেমদা ঐদি চৎলে ইথন্তা
তাইবঙনা পামনৈ ঐগীদমক তেংথাশিন্না ব্রাবিবা
তোর্ব্বান য়াঙবীথন মশম মনা ইফা-ফা
খোঞ্জেল লোনা খোম্থাংয়েনা হৌনা নেম্না তেংথাবিবা

কনা লৈতে ঐহাক্কী ইথন্তনি লাকখিবা
ইথন্তা চৎলে হুন্দোক্লুনা পুম্নমক মালঙগী শাংল লম্বীদা।

ইস্কাল

জুলাই ১৯৮১ ইং

১২৩

# য়েংলি নোকলি

ঐগীনি মালেম ঐগীনি স্বর্গ
হায়রি তত্তনা মপু শাবনা
সনা লুপা হিরা মণি মুক্তা
ঐগীনি ঐগীনি ঐতগীনি
নখোয়গী নত্তে নখোয়গী নত্তে
মাগীস্থ নত্তে মখোয়গী নত্তে
ঐতগীনি ঐগীনি ইথন্তগীনি
হায়রি তত্তনা মপু শাবনা ।

মপু শাবা কয়ানি মখোয় মশেল মুন্নরি
অমগা অমগা য়ৈনরি শুনরি হাৎনরি
অমনা অমুক ঙমলি অমনা অমুক মায়থীরি
অঙম্বনা মতম খর লাওরি মাগী ওইরে 'পূম্বসি
নোক্লা ফন্না হায়রি লেন্নরি মায়কৈ শুনা
থাঙ্গৈশেংবা মপুদি য়েংলি নোক্লী থাপা লৈদুনা

ইম্ফাল

সেপ্টেম্বর ১৯৮১ ইং

১২৪

# "ঐবু কৈদনো"

"ঐবু কৈদনো, কদোমদনো করি লমদনো?"
কিনা য়েংলি মায়কৈ শুনা—কৈদনো কদোমদনো?
মাঙদা চাকশিল্লক্লী লম্মৈনা লমজাও খোম্না
য়েং-ওই শুক্লু' ঙ-ম্ল লোকচপনি হিংফম লৈতনা।

তাংথক নাইদনা হোৎচিল্লক্লী তুংদা খুৎলাই পায়বা
"কদাইদনো কদাইদনো ঐনা লোৎকদবা?
চঙজরুনি কনাদা হায়জরুনি কনাই 'ফম
ঐবু কনবীয়ু ঐবু কনবীয়ু পীনৌ চঙজফম।

লঙজরুবা পাপনা চঙজফম লৈত্রবা ঐনি
পাপনা থল্লবা হিংবগী কান্নদ্রবা ঐনি
পাপকী চৈরাক কিবনা শিনীংদ্রবা ঐহাক্লী
হায়জরুনি কনাদা থিজরুনি চঙজফম কৈদা।

চঙজফম লৈত্রবৈই চঙজফম পাপীশিংগী লাম্নফম
নখোঙথা কদাইদনো কৈদৌঙৈনো য়োগদবা ঐনা

ইম্ফাল
ওক্টোবর ১৯৮১ ইং

১২৫

# লৈহুন্

পুনসিগী অহানবা ঈথক ইরাংলক্তা
হুরা মিংচি মেজরাপনা হৈশিংলবী
থম্মোই তার' খুৎখৎ তোয়ন-খৎলকপদা
খাখলগী শৈহৌ ইশৈনা নিনখিবী;
থম্মোই থম্মোই নিক্লবা নৌরবা সংসার
অনৌবা লৈকোন শেমদুনা লৈরাং চার
থাখিবদো চেকশিন্না—লাইজ থিক্লা
মালঙ লৈহুন তম্নবা থরায় য়াওনা।

মিংথকপী তাইবঙ উরুবদা হান্না
থোইনা কঙাওনরবা নঙ ঐনা
কাউথ্রবদা তাইবঙ শেম্ব! মপুগীনি
লৈহৌসন্নু মালঙ লৈহুন ইন্থুৎশিন্না
শন্দোকসন্নু হুংশি লৈনম তাইবঙ ছিন্না
মাতনা লমজীংনি তাইবঙ লান্না লম্বী।

ইম্ফাল
ফেং ১৯৮২ ইং

১২৬

# করি য়াথংনো

চৎলুরগা থাপ্ল' লমদা য়ৌরুরগা মনাক্তা
তমজরুরে নপাউ ঐনা ; হংজরকই মঙোন্দ
তাকপীবা রাহং কয়া চিথজদে অমত্তা
য়েংজরকই ইমিৎ পেন্না তাউরদুনা রাখল 'মদা।

শেগায়রবা থাংপোক্লী লৈমায়থক্তা ওলহৌই
কংল' রার' মহাক্লী মোমোন নোক্লা লৈহৌই
তরঙদনি তরঙদা নহাক্তগী রাখলনি
নখোন্তবু তা-বনি নহাক্তবু উবনি।

উজরকই নহাকপু মাগী নাক্তা লৈরম্বা
সিদা লৈবা নহাক্লা আদা করম লৈরম্বা
নহাক্লীনে মহাক্তো নঙমকনি উজরকপা
মোমোন নোক্লা নহাক্লা কৌরকপদাই তরাম্না

মাস্থ সিদা লৈরমজে নঙগী নাক্তা লেঙদনা
করিগী তাকপী ঐঙোন্দা অশুক রানা চৎলু হায়না।

ইম্ফাল

মে ১৯৮২ ইং

# ১২৭

## "খণ্ডনীংলকলি"

হিংবগী মহাও তংলুরে ; লৈরুরে মফম খুদীং
চারুরে চিঞ্জাক খুদীং শেংলুরে ফিজেৎ খুদীং
যেংলূরে শক্তম খুদীং তারুরে শৈহেক খুদীং
শোক্লুরে শোকফম খুদীং থেংলুরে থেংফম খুদীং।
খল্লুরে ঐনা খণ্ডদবা লৈত্রমাল্লে হায়না
নীংলুরে ঐনা উদবা অমা লৈত্রে হায়না
খণ্ডবা উবগী লোইনাইদ্রবা তাইবঙনুংশিদা
খল্লু খল্লুরগা হন্না লাঙতক্নরকই পুক্নীংদা।

তংনীংলকলি মহাও অহু ঐনা খণ্ডনীংলকলি
মহাও অহু অশিবগী, মহাও অহু তাইবঙ ৱাংমগী
মীনা হায়বা নত্তনা ইশামক্লা খণ্ডনীংলি।
থৱায় হকচাং তোঙানবরা অশিবনা কদাইদা
হকচাং য়াওদ-থৱায়না করি লমদা কদোমদা
খণ্ডলুরগা মহাওদো তন্নীংই অহিংবশিংদা।

ইম্ফাল
মে ১৯৮২ ই·

## ১২৮

# শিদব-লক্তা

মালেম নৈকোইপূং তাইবঙগী শান্নপূং
নৈইনা নৈইনা শারী জগোই নমু পোং
মালঙনা তান থাই মতয়া য়ৈরী পূং
পূংগী পূংলোন চা-ন শারো জগোই।
হাপলো জগোই খুৎথেক মালঙ তান্থাদা
পেলহল্লো মিং শিদবশিংগী নঙনা
কায়হনগন্নু তালদো শারো কাইদ-কাইদা
পূংলোন কূংলক্লে শারো মিংথক্লা থুনা।

পূংগী পূংলোন চা-না শারিমথৈ জগোই
মালঙ তান্থা কায়দ—হাপলিমথৈ খুৎথেক
শিদব-লক্তা, নহাকস্থু শিদবনি
কায়রক্লবদা পূংলোন জগোই খুৎথেক
মালঙ তান্থা তাল হেক কায়রক্লবদা
শিদব লক্তে নান্থখিনি অশিব-লক্তা।

ইম্ফাল
জুন ১৯৮২ ইং

## ১২৯

# মাঙদ্রবা

কদাইদনো, কদোমদনো করি লমদনো
তাইবঙগী ঝাংমদরা মালঙগী ঝাংমদরা ?
অহাঙবা আকাশতরা লৈন্নুংগী ময়ায়দরা
কদাইদনো করিদনো ঐহাক্কী পোলোই।
অহীংবগী অরোইবা লৈতবা মালেমদা
ঐগী অহীংবা ঐগী কদায়দনো অরোইবা
অহৌবা অরোইবা লৈতবা মতমন্নুংদা
কদাইদনো ঐহাক্কী অরোইবা মতম।

মীনা হায়নবা নত্তনা, নত্তনা খন্নবা
নত্তনা পঙখন খনবা নত্তনা পঙহায় হায়বা
লৈবরনে অরোইবা লৈবরনে অহৌবা
ঐ অমা লৈত্রবস্থু লৈরি ঐহাক অমা
লৈরি লোইনা চিথদনা নঙ মা
মাঙথ্রবস্থু নঙ অমা লৈত্রবস্থু মা অমা।

ইম্ফাল
জুন ১৯৮২ ইং

১৩০

# "লমথুংফম"

পোকপদগী চৎলক্লি লম-খঙত্রবা মালেমদা
উরু-তা-রু চৎলুরগা লমদম খর, ঐহাক্না
খঙলে উরে পূন্নমক ইথন খঞ্জে ইপুক্তা
ঐগুম খঙদ-কনাদা তাক্লি তীকলি অখঙশানা।
কদাইদনো পন্থুংফম কদাইদনো পোল্লেফম
লমজীংবনা কনানো, তুংইনবনা কৈদনো ?
য়েংলুই থিরুই হোৎনরুই ইল্লসিরা মখোই তুং
লৈরমদরে কনাস্ু চাননা খঙলবা লমথুংফম।

লমথুংফম য়োন-লম্বীস্ু অচুম্বা কনা হায়ঙমদে
মানা মানা থাজবা লম্বীনা খ্বাইদৈ হেনবনি
মশা মশানা লাউরম্মী অচুম্বতদি মখঙদে
ঐগীস্ু ঐনা লেপকদ্রা লমথুংফম থুংন-লম্বী
লমথুংফমস্ু খঙদরি থুংনা-লম্বীস্ু উজদে
চৎলি ঐনা মফম খুদীং লেপফম ঐগী লমথুংফমনি।

ইম্ফাল
জুন ১৯৮২ ইং,

১৩১

# য়াম্না ৱাংলি য়োৗগদবা

অচুবৈ ঐখোয় অনি চংমিন্নখি
লমজাওদা লমহাওদা চীংদা উমংদা
ঐখোয়'নি থৱায় তানা নোক্নৗন্নখি
লৈকোন্দা মাঙ্গোলদা তোর্ব্বান ৱাংমদা।

মফম খুদীং মখোয়না উখি 'খোয়বু
মফম কৈদা ঐখোয়' উখিদে মখোয়বু
নঙনা চংলি ঐনা ইল্লি, নঙনা মাঙদা
ঐনা তুংদা, নঙনা ওইদা ঐনা য়েত্তা।

চংলি কোয়রী ঐখোয় অনি লেপ্তুনা
ঐখোয় অনিতনি অনিতা নোক-খেনা
খল্লম্মী লৈরমদ্রা য়োৗদবা মফম
হায়রম্মী লৈরিদ্রা চত্তবা লমদম।

তা-খি লাউরকপা থম্মোই কায়না শেং কায়না
"ৱাংলি ৱাংলি য়াম্না ৱাংলি য়োৗগদবা"।

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৮২ ইং

# লৈতেহৈ-অরোনবা

নোকপগী খোঙেল কয়া ঐখোয় 'নিগী
অরোনবা ৱারী কয়া ইবানিগী
ৱাত্তনা তা-রম্মী মখোয়না লোই-না
খঙলম্মী হায়দোকখিদ' ৱা ফাও ঐখোয়না ;

ঐখোয়না খল্লুই অরোনবনি অরোনবা
ঐখোয় অনিতগী কনাস্থু খঙদবা
চীক্লবা মফমনি মীনা উদবা
মম্লবা কাদনি মঙালনা য়োদবা।

শুক্লবা উমংনি মীরাওখোল তাদবা
হাঙলবা লমহাঙনি উ-ফাও হৌদবা
হায়নখি ঐখোয় অনিতনি অনিতা
নোকখি হায়খি—ঐখোয় অনিতনিকো।

লাউরকখি থম্মোই কায়না শেং কায়না
"মালেমদা, মালঙদা লৈতেহৈ অরোনবা।"

ইক্বাল
আগষ্ট ১৯৮২ ইং

১৩৩

## "কৈদনো"

কনাদবু হংলুসিগে
করি লমদা থিরুসিগে
চৎকনি কনা লোয়ননা
খোঙশানসিগে করম কান্দা ?

হংনফমনা কদায়দনো
থিরুফম্না কৈদনো
লম ফাংলবা তাইবঙদা
লম্বী লৈত' মালঙদা

চৎফম খঙদ'- -থম্নুংদা
চৎকদগে করম কৈদা
কনানা ঐবু লমজীংনি
কনানা মৈরা পায়বীনি।

লমথুংফমনা কৈদনো
কনা থিবা চৎতৌরিনো ?

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৮২ ইং

১৩৪

# লোইবা তারবরা তাইবঙ চেঙজেল

লোইবা তারবরা তাইবঙ চেঙজেল ঙসি ঐগী
থাদোক্লম' তারবরা ঐনা পামজর' ফজ মালেম
চৎপা তারবরা থাদোক্কুনা তাইবঙ অসি
খঙলবরা ঐদি চৎকনি করি লমদা কদোমদা?

তাইবঙগী করম মফমদা মালঙগী করম মায়কৈদা
থম্মুং করি লমদমদা কয়া থাপ্পা করম্না
কদায়দনো চৎকদবা য়োগদোনা কদায়দা
লোইবা তারবরা তাইবঙ চেঙজেল থাঙ্গৈশেংনা?

লমজীং মৈরা পায়রিবা গুরুনা তাকপা লম্বীদা
ইখুৎ পায়না চিংলিবা লমজীং মাগী তুংইন্না
লম্নাইদ্রবা থম্মুং লা-ন্না লমখঙদ্রবা মালঙদা
নীংনবা লমদম য়োনবা তিনখিনবা 'মত্তা ওইনা।

চৎপা তারবরা থাদোক্নীংদ্রবা তাইবঙ থা-না
মুৎখিবা তারবরা মুৎনাইদ্রবা শোয়দনা।

ইম্ফাল
ওক্টোবর ১৯৮২ ইং

# নোক্নী পেঞ্জনবা মথন্নতা

হূরু হূরু লৈইরি—ফন ফন চোংলি
মশা মউ থেকলি মথুং মশা হাইরি,
চোংনা চোংনা লামলি কোয়না কোয়না চেল্লি
করি মতৌ কৌবনো চেপ্পা চেপ্পা ময়েংলি।

করিনোনে তৌরিসে হাইনা হুম্না মচংলি
মরক্তা অমুক মরেপলি—হাইফেং মোমোন মনোক্নি
করিনি হায়সিগে—মমিং খংন-ময়েংলি
মচিনবানসু লেঙলি অমুকসু মমিং শুক্তোকলি।

নত্তে, নত্তে পঙলৈই লৈইবা নত্তে, নত্তে পঙচোং চোংবা
নত্তেকো পঙথেক থেকপা—নত্তেকো পঙচেন চেনবা
য়েংবা নত্তে মরম লৈত—নোকপা নত্তে ইচম চম্না
মিং খত্তে শুক্তোক্তে; চিনবান লেঙদে ইরায় লায়না

তাল-লয় চানা, মফম মতম য়েংনা মতমগী চক্রেদা
লৈইরী-চোংলি-হাইরি-নোক্নী পেঞ্জনবা মথন্নতা।

ইম্ফাল
ডিসেম্বর ১৯৮২ ই·

# কৈদৌঙৈ য়ৌনি ঐনা

কদাইদনো কদোমদনো কৈদৌঙৈনো ঐবু
চৎপা হৌগদবা ফাংলবা লম্বীলকসিদা
চৎকদবা লম্বীসু অমত্তনি অমখক্তা
চৎকদবসু ইতোম্মতনি ইতোম্মতা।

থিজরিব ! কদাইদা কৈদৌঙৈ ফংনি নঙবু
ঐদি ইথন্তনি, নঙবু থিবা চৎলি লম্বীদা
লমলোঙ মঙা ফাংবদা মায়কৈ মঙা মক্তদা
মখোয় মঙা মকসিনা মতম অমত্তদা

চিংলে ঐবু খুৎপায়না পাঙ্গল থেক্তা নৌহৌনা
করি ওইরসিগে ঐবু করম তৌনি ঐনা।
ঐদি ইথন্তনি য়ৌজনীংবনি ননাক্তা
পুনসি ঐগী থোঙচৎনি য়ৌজনবা ননাক্তা।

লমজীং মৈরা ইঙান ঙান অমম্ববু মাঙহন্না
মখোয় মঙা নমহৎনা কৈদৌঙৈ য়ৌনি ঐনা।

ইম্ফাল

ফেব্রুয়ারী ১৯৮৩ ইং

১৩৭

# লেপত্রি আশা

ঐগীদি লায়রি—নহাক্কী করি ?
অপাম্বগী লোইবা নাইদে ঐগী।
চৎথ্রবস্থু লোয়নরকপা পূম্বা
ইতোমতা ঙায়হৌরস্থু ইতোমতা

আশাদি লোইদে ফংখিনি খল্লি
পীবিগে খল্লিবরা নহাক্কী
পীথোক-পীশিন তাইবঙনি ঐহাক্কী
পীনিঙাই লৈরি নহাক্কী করি ?

পীবতনা নশিন্নি নহাক্কী
লৌবতনা ইথৌনি ঐহাক্কী
করি অমুক শিন্ননি নহাক্কা ?
লোইবা নাইদ্রবা অপাম্বা লক্কা

ঈরোইরি থিরি লেপত্রি আশা
লোইখিনি—মং খুৎন ফংল-ফাওবা

সোনা
ফেঃ ১৯৮৩ ইং

## ১৩৮

# খঙবীবা নঙনা ঐতদি

ফাওই হায়নৈ—"শেগাক কায়না শেগাক কায়না'
কনানা কৌই মাবু—"অশাৎপা হো অশাৎপা!"
য়োদবা লৈতে উদবা য়াওদে মফম পুম্বা
হায়নৈ—আ-দা লৈহৌবা—সিদা করম য়োরম্বা?

ফাওই ফাওই শোয়দনা শেগাক কায়না অওইবা
খঙদ-উদ-লৈতবা "অশাৎপা—হো—অশাৎপা।"
নুংশিত্তবু তোংবরা মঙালদবু নেৎপরা?
কোচিন কোয়া থাক্তনা মফম খুদীং য়োবরা?

মালেম মরোল মরোলদা মালঙ মপৈ মপৈদা
থম্মুং মরোল খুদীংদা মতম খুদীং মক্তুদা
নঙনা য়োদ-লৈতবা—নঙবু খঙদ-য়াওদবা
থীনা-ফজনা শোন্নবা—"অশাৎপা হো অশাৎপা"

নঙবুদি খঙনৈ মীপুম খুদীং—পামজবনি ঐনদি
নঙতনা ঐবু খঙবিবা—খঙবিবা নঙনা ঐতদি।

ইম্ফাল
ফেঃ ১৯৮৩ ইং

১৩৯

# "চংলি কোয়রি থিরি"

মালেমস্থ ঐনি ঐস্থ মালেমনি
অকোয়বা মালঙনি অহাঙবনি
সুমিৎনা থানা থোকলি মালঙদা
অমম অঙান শিন্নরি মালেমদা

হায়য় কনা কনানো সুমিৎ থা
কনা কনা ওইনি অমম অঙান
করিগী মমলি শাল্লি মালেমদা
অমম অঙান লৈতব্রা মালঙদা।

ঐস্থ চংলি কোয়রি থিগ্নি মালঙদা
মালেমস্থ কোয়রি হাঙলবা মালঙদা
সুমিৎ থাস্থ কোয়না চংলি মালঙদা
পূন্নমক থিরি মঙলান্দা তাইবঙদা

অমম অঙান পূন্নমকী তুংনফম
ঐগা লোয়ননা মালেমগী হৌরকফম।

ইম্ফাল
মার্চ্চ ১৯৮৩ ইং

১৪০

# য়োগনি শোয়দনা

তাইবঙগী ঐ ঙসিদি ওইরে মালঙগী ঐ
তাইবঙ ৱাংমদা মালঙ লম্বীদা চৎলি ঐ
মালঙনি তরঙনি শুন্দনি অহাঙবনি
লম্বী লৈতে লমথুংফম খঙদে অহুবু চৎলি।

"কনানো ইমাঙদা মৈরা পায়না চৎলিবা ?"
কনানো ঐহাক্কী খুদাং পায়না চিংলিবা
কনানো নঙবু ঐগী লম্বী তাকপীরিবা ?
"ঐনি নঙগী গুরুনি নঙগী লম্বী তাকলিবা

ইল্লকউ ইতুং লেপ্তনা য়োদ্রিফাও লমথুংফম
য়োরগনি লমথুংফম খ্বায় পুম্বা তিন্নফম
"তাবীয়ু ঐগী গুরু নঙবু খঙবরা লম্বী ?"
য়েংউ মাঙদা চৎলিবা মানা ঐবু লমজিংলি

মানা ঐগী গুরুনি মাগী তুং ইল্লি ঐনা
নঙস্থু ইল্লকউ ঐগী তুং য়োগনি শোয়দনা।

ইম্ফাল
সন ১৯৮৩ ইং,

# "লম্বীসু মহাকনি"

পম্বায় ঐনা চৎলি, তুংদা ইল্লি লমজীংবগী
মহাক্লা গুরুনি তাক্লী চৎতৌ লম্বী ঐগী
চৎলি, চৎকনি গুরুনা তাকপা লম্বীদা
চৎকনি ইথুৎপায়না চিংলিবা মাগী লমজিং তুংইন্না

খঙলবরা ঐগী গুরুদি লম্বী অদু চৎকদবা ?
"হায়বীয়ু গুরু ! কনানো মাঙদা চৎলিবা ?"
ঐগী গুরুনি চৎলি ঐস্থু মানা চিংবা লম্বীদা
গুরুস্থু চৎলি মাগী গুরুনা চিংবা লম্বীদা ।

মাস্থু চৎলি মাগী গুরুনা চিংবা লম্বীদা
মাস্থু চৎলি মাগী গুরুনা চিংবা লম্বীদা
খ্বাইগী মাঙ থারিবা ইহান হানবা গুরুদি লমজিংবা
কনা নত্তে মহাক্তি মহাক্লী মালঙ তাইবঙ শেমলিবা

মাতনা খঙই লমথুংকম মাতনা খঙই অচুম্বা লম্বী
মানি মহাকনি লমথুংফম অচুম্বা লম্বীস্থু মহাক্লী ।

ইম্ফাল

জুন ১৯৮৩ ইং

# ১৪২

# খনখিনি

হন্দক্কী মপোক—নহানমুক্কী মপোক
হন্দক্কী মপোক হয়েংমুক্কী মপোক
মপোক অহুম্লক তরেৎলক তরারক
পোকখিগনি ঐহাক মপোক কয়ারক্ত ?

ঐসে কনানো করি লমদগীনো
ঐসে করিনো করিগী লাকপনো
কনা ওইরম্মী—করম্বা মপোকনা
কয়া কুইনা মালেমদা লৈখিদৌনো ?

চৎখিনি কদাইদা কৈদৌঙৈ কদোমদা
পুক্নীংনা নীংবা লমদম রাখলনা শেম্বা লম্বীদা
অপাম্বগী তুংইন চৎখি লৈখি য়ৌখি
খঞ্জে, খন্নে নীংনৈ, হিংলিবা মীপুম খুদীংনদি।

মঙলা তাইবঙলা রাখল্লা— অহিংবনা করি অশিবনা করি
ঐনা করি
মঙ নত্তে রাখল নত্তে, ঐ লৈরি, ঙাঙলি চৎলি খল্লি
মথং মথং অতুম খনখিনি।

ইম্ফাল
আগষ্ট ১৯৮৩ ইং

# উগনি চংকদবা লম্বী

নঙগী নয়ুমমক্তুদা নঙনা মীতোপ ওইরবা,
নঙগী সমাজ মনূংদা নঙবু নশক খঙবীদ্রবা,
নঙগী য়ারা তা-রগা থাক্লা থাক্লা নোক্লবা
নঙগী নচা নশুমা নঙবু থোঁওইরক্তূবা ;
থুনমক থাদোক্লো য়ুমদো কায়নরো নচা নশুগা
লাপথ্রো থাপথ্রো সমাজদগী নঙবু নশক খঙবিদ্রবা
খোঙশাল্লো অমুক পল্লনু, পঙথরনু নচা নশু উরগা
ওইরবদা নঙনা মীতোপ নঙগী নয়ুমমক্তুদা।

ওইরুরো চীক্লবন্দা নঙগী য়ুম মীওইবা সমাজদৈ থাপ্লা
য়েংলু, কোয়রু চংলু বন জঙ্গল চীং-মান থুংনা
উরুরগা হৈপাল লৈপাল উ-পা থেংনরগা লিরিবা নুংশিং শেংলবা
খাঙলুরগা শারবা কালেন নুংশা নোংজুগী নোং, নিংথমগী উনখা,
উরুরগা বসন্তগী উনৌ-য়ানৌ, শরতকী থাবল হেমন্তগী
মহৈয় মরিক চূম্লবা
পেঙ্গগনি, খঙগনি উগনি চংকদবা লম্বী নঙনা পামজবা।

ইম্ফাল
সেপ্টেম্বর ১৯৮৩ ইং

# কৈদনো নঙবু হে মুংশিথোইবা

কৈদনো কৈদনো নঙবু হে মুংশিথোইবা।
শুক্লবা উমংনা কূপ্লবা চীংদোনসিদা
ঙরাংতা নিল্লম্মী নঙগী মুংশি খোঞ্জেলনা
কদাইদনো নঙবু হে চান্ন-থোইবা!

চীংলোন মাপল লান্না তুরেল তরেৎ
শাৎলুরে থিরুরে নঙবু চান্নথোইবা
কৈদনো কৈদনো নঙবু হে মুংশিথোইবা
মালেম লৈকোইবুং সাগর ঈরম তরেৎ

করিগী লোৎলি লোম্না ঈমুংবুংদা
চীং নূং লোক্লুং লৈয়তঙ্গায় লক্তা
উরী উনা উপাল-রাপাল চীং, পাৎ তুরেল
লমহাং তুহাং লৈচিল নোংফাই থা-থরান

মুমিৎ কয়ানা তাকলি নঙগী লৈকম
কয়ম লোৎনি নঙবু মুংশি-থিজ মাঙদা।

থৌবাল
আগষ্ট ১৯৮৪ ইং

১৪৫

# থিজরি ঐনা ফংঙমদ্রবা নঙবু

থিজরি ঐনা ফংঙমদ্রবা নঙবু
অঙাং নাৱা ওইরিবঙৈ থঙ্গে ঐনা
লৈরম্মী নঙনা ইনাক্তা লেঙদনা
হংজরি তত্তনা কৈদনো নঙবু?
লোৎথ্রে নঙদি অপাম-পামদ-খঙলকঙৈ
মাঙথ্রে নঙদি লৌশিং তারকঙৈ ঐনা
লৈরমদ্রে নঙদি থিজরকপা ঐনা
খঙদরে ঐদি উগনি কৈদৌঙৈ।

নঙগী লৈফমতদি তাকপীয়ু নঙনা
নঙগী নখোলতদি তাহনবীয়ু নঙনা
তাকপীয়ু লম্বী ননাক য়োননবা
চৎচগে অৱা অনা খঙদ—চেন্ন চেন্না
য়োহনবীয়ু ননাক্তা হে য়োঙমদ্রবা
চিংশিনবীয়ু ঐবু নঙগী ননাক য়োনা

খোবাল
সেপ্টেম্বর ১৯৮৪ ইং

১৪৬

# কৈদনো হে উঙমদবা

নখোলদি তা-রে নশক্তি উদে
কদাইদনো নঙবু হে উঙমদবা
ইনক নক্কা ইনাক্কা লৈগুম তৌই
থিরুরে ফংদে—থল্লি লৈবরা য়োঁঙমদবা লমদা
শউমদি ফংলে কৈদৈনো থঙদে
তান্নজৈ ঐনা আকাশ সুন্দায় ফাওবা
খোঙ্জেলনদি তাক্লি ইনাক মক্কা লৈ
ফংবা লৈত্তে য়োব্রফাও খোঙথাফম থঙদ-লমদা

থল্লে মালেমসে খোঙ্জেলতনা নঙগী
খোস্থোক খোঙ্জেল খুদীংনা নঙ ওইরদি
কৈদা লৈবগে নঙবু হে খোঙ্জেল মপু
উৎপীয়ু নশক হে খোঙ্জেল হৌফম ওইবা
অমম অঙান আকাশ পাটাল পূম্বৈই মপু
হায়বীয়ু কৈদনো—হে উঙমদবা।

থোবাল
ওক্টোবর ১৯৮৪ ইং

১৪৭

# শোয়ফদ্রবা লম্বীনি

ঐহাক চৎলি, চৎকদবনি লেপনা
ঐস্থু অমনি লেঙলি পাল্লি লক্তা
করম্বা লম্বীদা চৎকনি ঐনা
করম্বনা খাইদৈই হেনবা লম্বীলক্তা

হায়নৈ চৎকদবনি ধর্ম্মগী লম্বী
সাধু ফকির প্দ্রি ভিক্ষুক কয়ানা
হায়রি মাই মাই ধর্ম্মনা অথোইবনি
করম্বা ধর্ম্ম চৎকদবা ঐনা ।

লেঙলি-পাল্লিবৈই চৎননবা লম্বী
অমত্তা ভায়র' ধর্ম্ম মীওইবা ঐগী
ওইরমলে অমত্তা ঈশ্বরনা শেম্বীবা
লম্বী সিমত্তনি—পোকপা-চাওবা-শিবা

চৎকদৌনি লম্বীসিদতা শোয়দনা
শোয়ফদ্রবা লম্বীনি লাইনা তাকপা।

অক্টোবর ১৯৮৪ ইং

১৪৮

# যুগ যুগ কয়া লমজৌংলিবা নহাক্কী

যুগ যুগ কয়া লমজৌংলিবা নহাক্কী
নহাক্কী নঙাল ফংলবা নহাক্কী
ওইহল্লি নঙনা মৈরা পায়বা যুগকী
উৎলি মৈরানা যুগতুগী চৎতৌ লম্বী।

নঙনা শান্নরি নঙাল থাদোক থাজিন
নহাক্কী নঙাল নহাক্না হেক চিংশিন
মুৎখিদো মৈরা মৈরা পায়বত্তুগী
হৌখরে হায়নৈ যুগ অমা মহাক্কী।

যুগ যুগ কয়া লমজৌংলিবা নহাক্কী
মুৎনাইদ্রে' লেঙদ্রে' নঙাল নহাক্কীনি
থাদোক থাজিন চিংথোক চিংশিন নঙগীনি
হায়নৈদো মতুনা নঙগী লীলানি।

হায়বীয়ু থোইথোইবা 'সিতনা ওইবরা নঙগী অপেনবা
লৈহৌমীংদবরা নঙগুম্না মুৎনাইদ্রবা মঙাল অমা।

থোবাল
নবেম্বর ১৯৮৪ ইং

১৪৯

# মীচঙ মীখায় নাইবা ঈশ্বর

ঈশ্বরদি মীচঙ মীখায় নাইদে অচান মীরায় লৈতে
বেদ পুরাণ কয়াদা ইরি বাইবল কোরাণগী বানি
মুণি ঋষি কয়ানা ফকির পাদ্রি পুম্বনা
তত্তনা হায়রি—মাদি মীচঙ শঙ্গন অচান-মীরায় লৈতে

য়েংউ য়েংবা হৈবা—পাকশন্ন শন্দোকথ্র' মালেম মালঙ
তারো তাবা হৈবা—অচৎ-চক্তে খোঞ্জেল পুম্বা
থেন্নবা লৈত'—অচান মীরাই নাইদ' পীরি মান।
লেঙলী পাল্লি' পুম্বদা—মানা মানা পামজবা।

অতুবু ঐদি য়ানিংদে শুকয়ামক য়ানিংদে
ঐনা হায়নীংই—মাদি মীচঙ মীখায় য়াম্না নাই
ঐনা পন্নীংই—মাদি অচান মীরাই নাইদ-নত্তে
নত্রবদবু করিগী কৌনি মাবু ভগত বৎসল।

ঈশ্বরনা হায়ত্র!—বেদ পুরাণ বাইবল কোরাণদা
"ঐদি ভক্তেই মনাইনি লেঙদনা লৈ ভক্তেই নাক্তা"।

খোবাল

নবেম্বর ১৯৮৪ ইং

# নঙনা ঐগী পূম্নমক্কী

ঐনা নুপা ওইরগা নঙনা ঐগী নুপীনি
নঙনা নুপা ওইরগা ঐনা নঙগী নুপীনি।
ঐনা অঙাং ওইরগা নঙনা ঐগী ইমানি;
নঙনা অঙাং ওইরগা ঐনা নঙগী ইমানি।
ঐগী ইমানি ইপানি নঙনা ঐগী পূম্নমক্কী
নঙগী নচানি নশুনি ঐনা নঙগী পূম্নমক্কী
লৈজরি নহাক্কী ওইনা থরায় হকচাং পূম্নমক ঐগী
তাম্মোকপীনু অমুক হন্দোকপীনু থাপ্না নঙোন্দগী।

হোনবীরো নিংশা নুংশিৎ ওইনা হকচাংদা
চেনবীরো নঙনা ঈ ওই মফম পূম্বা হকচাংদা;
উজগে নঙবু তত্তনা মঙাল ওইনা মিৎমাঙদা;
তা-জগে নঙবু লেপ্তনা খোঞ্জেল ওইনা নাকোংদা
নমজগে নঙবু মতমপূম্' লৈনম ওইনা নাতোন্দা;
ফংজগে নঙবু মফমপূম রস ওইনা লৈতোন্দা॥




থোবাল
ডিসেম্বর ১৯৮৪ ইং,

## অইবগী হান্না ফোংখ্রবা—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | রাখল শৈরেং | ( ১৯৫৯ ) |
| ২। | শাংবানবী | ( ১৯৬২ ) |
| ৩। | নির্ম্মল যমুনা | ( ১৯৬৬ ) |
| ৪। | থম্মোই বিনা | ( ১৯৬৭ ) |
| ৫। | লৌনম চাওবী লৈরাং | ( ১৯৬৭ ) |
| ৬। | রোমকুদা শিকার | ( ১৯৭৩ ) |
| ৭। | কায়নবদা | ( ১৯৭৩ ) |
| ৮। | মংশং তানবা | ( ১৯৭৮ ) |
| ৯। | অনি খোক্লবদা | ( ১৯৮০ ) |
| ১০। | বারুণী রারেং শৈরেং | ( ১৯৮১ ) |
| ১১। | জগন্নাথ পূজারী — | ( ১৯৮২ ) |
| ১২। | উদ্ধবকী পাউ | ( ১৯৮৩ ) |
| ১৩। | বসুমতী | ( ১৯৮৪ ) |